"লৈকোল ভুংদ"

মতাঃ—অদো বালা মতম অসে···করে ঐহাক্ চৎলগে।

মথংগী মুংখিন্দা জিতেন্দ্রনা থারকপা চিঠী ফংলে। মরোন্দিঃ—
"সুংশিরবী বালা! ঐহাক মরুপ ১গী লুহোংবা য়াউনবা তাং ৭
নংনবা লাকপগনি। মরুপ অদুগী মিং রমেশ কৌই, B.A.L.L.B.
পরিক্ষা পিখ্রে। নহাক থোইনা অমা অনা য়াউরক্লোই নিংই, লুহোং-
বগী থৌরাং তৌরমলো।"

বালা করি ওইগনি? কপ্পা কপা যালংদা পাউজেনখি "থরাইগী
মথুংদো য়াগল তাইওমরে, মরুপকী লুহোংবা নত্তে—মরুপ কাইন-
বনি, তৌরে নহাকী য়াথংনা বালানা লুহোংবগী থৌরাং, অদুবু
বালা ঊারদি য়েংলয়োইনে পামেন অমর্ত্তদা।" শোঙখি নহাকী
মুংতাইবা নপাউদি ফংজরে, ঐগী অমাবা পাউজেন্দ্রি অপাম্বা মতমদা
ফংলরোই. হিংখিগদ্রনে ঐহাকসু? হিক্কা-হিক্কা কপচে।

*

*

তাং ৭ [illegible] মিংকুপ ১তং মতম্না লেপ্পগা অমা মুংতাইবা
কনাগী [illegible] পাংখিবগে? পোথ ব. মশক থংদবা মতমনি। বালানা
জিতেন্দ্রবু ওাইজবা অরেম্বনি মতম্না অমাবা কোকপিত্রে। থোইনা
মৈহাকী চাংদুম হাপ্পি। অংমা অমুক ওইরম্বদগী মুমিংনা কোক্তোন
লোইখ্রে। কনাগুম্বা মরি-মতাগী মীশিংনা বালাবু থেমজিন্নি
"ইবেম্মা কপ্পগম্ন, মুপি ওইবীগী মতিক চাবা বম্ন ফংজবদি লাইনক
কবনি, উকিললি মহৈ হৈরবা. নোংমা লুহোংবা হায়বসিদি লাইবক
কবা নিঙ্গোনগী তমথ্রবনি। নহাক্তা কয়াদা লাইবক কয়বা······।"

বালানা অমুক তানিংজ্রে, নাকোং কম্না মেন্জিন্দুনা থনখি "করি

তৌসিগে ?" পাউথুম ফংখি অয়োম্বা থমোইদগী—মতম তাইখো।

মাইকী থোজেলনা নাকোং শিংজা হৈরে। কপ্পা-কপ্পা, থাংনা থাংনা পোৎলোই শেৎপি লাক্তুনা বাগা পোৎলোই শেৎখ্রে। সুমাংদা ঈশৈ, মশিং য়াম্লবা ভাবোক্কা বরবু য়েংনরি, মমাং সুজোইদা রমেশ কমলি, মাগী মাইকৈ মরিদা অতৌবা কিজোক্তগী মায়রবা মরুপশিং। রমেশনা শোম্বা তাই "লাক্কনি হায়বনি, অহুবু, লাক্-ত্রেনে জিতেন্দ্র ঐগী মরুপতো।" বর চংখিহুনা লুহোং কাপ্পা কমখ্রে। মতম ওইরে হায়তুনা বাগাবু সুমাংদা পুখোরক্লে। রমেশনা বাগাবু অমুক্কং মুম্না য়েংখি কজে, কুচু তৌবী রাংদম চাউদমবী, কোকদানবী ম্যাইথোং......। রমেশ মাইথোং মকশিনখি, খনখি "করিগী অমুক নিংখিবী মানা লেপ্পা কৈতনা পিগী ঈচেন......ও! ছুপিজা ওইবীগী, অনৌবা য়ুম্নাক হোংবদা, অহন-লমন কাইনগনি খঙদা।" নোকফেং তৌখি। সুমাং মচি ১দা লেপখিবা মকমদগী লেংদনা লিপগী অশাবা মুত্তিগুম বাগা কৈখ্রে। রমেশপু য়েংলুই, উখিদ্রে মুম্না, পিনা থনখ্রে।

মতম অসিদা জিপ অমা সুমাং মচি য়োনা কম্না থৌজিল্লক-লগা লেপখ্রে। মী পুম্নমক জিপ অদুগী মাইকৈদা য়েংলম্মী। জিপ অদুদগী অতৌবা কৈজোম ফুরিৎ শেৎ লিংশা মরেপ মক্তা কৈবা পাখং অমা কুমথরক্লে। পাখং অদু অমুক চংশিনখিল্লা মন্দপ মচিন্দা লেপলুরে। রমেশকা মিৎচানখি, রমেশনা মোরে নোকই, পখং অসিনা চিং লেমই। ইঙ্গিত্তনা মখোয় অনি হা— থিঃ—রমেশ "কমমুনে মরুপ ঐদি লেংবা য়াত্রে।" পাখং অনি—

মিংয়েং রমেশতগী হোংদোক্না বালাগা পুনখ্রে। পিনা খুম্ববা মিপ্পা মথুৎ ২না নাম্হোক্লগা বালা পাথং অসিবু মুম্না য়েংখি, অবাবা মাইথোংদে। য়েংথোন নোক্লকখি, থনসি অমংবা নোংলকতা নোং-খাংগী জগোই! লুম্ববা পোংলোই মথুৎনা পাইরগা পাথং অতুগী মনাক্তা বালা চেনসিনখি "জিতেন ঐদি য়াজদে, কপ্লিবা অসিনি, লৎনগঙ্কো।" কোনসিনখ্রে। পাথং অসি জিতেন্দ্রনি, মহু'রুম্থু বালাবু কোলনি অহুবু মহাক্তী মাইথোং মুংশিবী' মিলন্দ। ওইথোক-ক্ষম নত্তে। মমিৎ চেজেং উইসিল্লি। লুরবা রাখল খনখ্রে। পুমচিক চিকলুরে, অচিকপা খুগাইদুনা অশাউবগী লুম্ববা খোম্বাং অমা নোংশাগুম ওংদুনা হায়রকই "রমেশ, লেংগমু ইবুংঙো লুহোংবা কাইরোই, ময়ামমু অমত্তা লেংবিগমু।" অতোপ্পা ফনাম্ নত্তে বালাগী মাপবুংনি। অমুক মকমতু পুমচিক চিকখ্রে। কোপ্লিবা অহু জিতেন্দ্রনা থাদোক্লবা হোৎনরক্লে। বালা "জিতে ঐবু থাদোক্ল-গেরা? নহাক্তীদমক্তা হিংলম্লগা?" জিঃ "বালা ঐহাক্তি মকপকী লুহোংবা লাকপনি! য়েংওই, রমেশ অসি ঐগী লুনা তিম্মরবা অতাং ওইরিবৈগী মরুপনি। বালা "ঐদি ক'রিমু থংদে, থাদোকপিগমু পুম্নিগী।" হেম্না চেৎনা বালানা জিতেন্দ্রবু কোনসিনখ্রে।

অতোপ্পা মাইকৈদা মুনিগী লাইনিংগুম রমেশ মমিৎ চেজেং উইশিল্লদুনা অরুবা রাখল থল্লুরি, মাহুনা থাদোক্লবা থাজগুম মমিৎ তপ্পা পাংথোক্লে, মোমোন মিনোক তম্লক্লে। ফম্লিবা লুহোং কান্দগী তপ্পা কুমথরক্লে। খোজেল থম্না "তাখি লেংগমু কমথোলু হোৎনা কাই-রোই।" রমেশনা থওইনা তাদে লেপ্তুনা জিতেন্দ্র ১দি বালাগী

মনাক্ত তম্মা চংশিনখ্রে।

জিতেন্দ্র "খাদোক্রো বালা, রমেশ ঐবু শাউগনু নহাক্কি মত্তম পুম্মকত ঐগী মরূপ ওইগদবনি, বালা অসে...... ।" মরক থংনা রমেশনা মোমোন নোক্না হায়খি "জিতেন নহাক্কী মাইক্কী হুমাং থৈ-খোকউ ঐহাক নত্তোন্দা লানখ্রে, নহাক্না হোষ্টেন্দা হায়খিবা 'বালা' ক্লাউখোকলুরে য়াথল থেম্বনা শাউব য়াদে ঐবু, নহাক্কী মরূপনিকো ঐসে। বালা—নবুং অমনি ঐসে, কপ্পগনুসে চোৎলিবা মিংকী পিদো তৈথোকউ, নবুং ১নি থম্মা বারৌগনু, লানখিব ইরান ভাকউ মালা, ইচনবু কুইনা কপহনখ্রে, ইচন্না কপ্পগী মরম থংলুদে, অসুম্মত্তা থললুই—অনৌবা য়ুম্মাক্ হোংবগী......বালা সে অমুক্তা কৌ নবুং ১শুম, অমুক্তা নোকউ কপ্প। তোক হুনা, কয়াদা লাইবক ফত্তবা মিংকুপনে! ইচন লৈজদবা রমেশ কংহুরে নৌনা ইচন নং, ওইরগনি মরূপ পুন্সিগী থানজ্রব। জিতেন্দ্রনা, য়ারো হায়জবা অসে...... ।" বালা "তামো...... ।" রমেশ "ইস কয়াদা মেংলবা ইচনগী খোক্লেল জিতেন্দ্র, মরূপপু য়ারোরিব্রা হায়য়ু?" জিতেন্দ্র "করম্মা মরূপ! নং ম্মা পুকচেন চাক্তবা...... ।" রমেশ "নত্তে, করিস্নু লৈতবনি মরূপকী মকমদদি, বালা, পিরকউ নহাকী থুক্লেংদো, মবুং অম্মা ওইনা লিঙ্গগে জিতেন্দ্রদা পুন্সিগী, জিতেন পুন্সিগী মিংকুপ অমত্তম্ব নহাক্না ইচনবু থাদোকপুকো—ইহে ভাইখো, লেংগনু জিতেন।" রমেশনা মকোক্কা কোক্‌য়েং লোথোক্‌না জিতেন্দ্রগী নকোক্কা থম্মখী।

——

# "কাইনব মিংকুপ্ত"

"নিংশিংব্রিদে। !—

'নিংশিংতুনত লৈগনি ! কুব্রিগিনো—মরম থংনিংব্রা ? খুনিং-লমগনি, মহৌশান কনাগুম্বী মুজা অমগী মরা-মরপাওদি মথোং কর্রকপ নহা পাথংশিংনে 'নোংগৌবীন কুমগী ইরিক্ তাইবগুম' তানিং-বনা লাংতক্লে। সে, তানিংলবদি তারো ঐহাক রারি ওইন লিগে —ঐগী ইমিং থংলেদনা—স্বর্নলতা ! করিগুম্বদ ঐবু য়াম্নমক থুংশি-জব মহাক্কদি 'সুনিতা'ন্ন কৌবী, অতে কনানবু কৌদেকো' হায়বী মমিংনা 'প্রশান্ত।"

"থংব্রেদা সুনিতা, ঈশ্বর মহাক্ক করিদি তম্বীরমগনি ? ঐনদি নংবু থুংশিজরে ; থরাইন পামজবী নিঙোনবু লাইবক ফব কনা-নাবু থংলগবা ?" অচিকপ অহিংনি, থাবল ফরব, প্রশান্তন হায়-রকই শোম্হাংনন। মনাক্ত ফম্লি স্বর্নলতা, নোকমী নোকমী তৌন প্রশান্তবু য়েংলি. হায়থি "ঐন নংগীনি লেপ্লি, নংন ঐবু থুংশিবিরি কনান করি য়েংকদৌরি। ঈশ্বর'মক্কসু ভয়রোই। ঐন নং ওইরগে, নংন ঐ ওইবিরোদনা।" লেপ্তুন রারি শারম্বী।

"ঐন লাইরৈদো, নহাক্ক মজা ইবেম্ম থাদোই, কয়াদ লাপ্লব্রব !"

"তৌরগদবনি য়াগী ! হোয়, অদো কৈদৌরবগে ? চিংখুবগী মথোম্নদি লাইরব নোংমাইবু পুক্সি চুম্ন থাদোকখিদে।"

"মতম অদো লাপ্লগ্রে, মোইরাং পর্বগী মতাংদি নত্রে। অদুবু সুনিতা করিগুম্বদ ঈশ্বরগী নোংদম্ন নং ঐ থুংনরবদি করে নত্রবদিনে —তাক্লম্মুকো ঐহাকপু নংগ কাইনব মিংকুপ্ত।"

স্বর্নলতান শাউশিন্নদুনা হায়খি "কাইনবগী রাত! তাকৃলোই, হুকৃতাক্ হেক তাক্লোই কাইনরবস্থ।"

প্রশান্তন ইংনা হায়খি "শাউগন্থু সুনিতা, নংদি ঐগী পুন্সি। নহাক নত্রবদি ঐহাক সংসার অসিদ কনাগম্থু লুহোংলোইদবনি। ঐন নংবু লুংশিব—নংন ওসি থাজত্রবস্থ মতম অদুন লাক্লবদি পোইদন থাজরকনি।"

"অদুক যাম্ন লুংশিরগ করিগী মিংকুপ কাংদন, কাইনবগী রাত হায়রিবনো? অমুক মতুংদ হায়রগস্থ, ঐহাক তশেংনা তাক্লনিংদে।"

'তানিংঙম থোক্রবনি, অদুম্থু ঐগীদি পুক্চেল শেংনা হায়জবনি।"

* *

*

প্রশান্তগী মচন্ নুপী অম পৈরম্মী। মমিংনা শান্তি কৌই। শান্তি অমস্থং স্বর্নলতা ক্লাস অমত্তদ তমমিন্নৈ, চহিস্থ লেংগা ওইনা তৌই। অহান্বদ লাইরিক তম্মিন্নবগী ইচম্ চম্নত কৌনরম্মী! প্রশান্তগী মচম্নি হায়ব থংবদগী স্বর্নলতান চামব হেজিনুহন্নম্মী। অশেংব মতা হায়বদু ওইরবত্তমই, অদুবু স্বর্নলতান লুরিবদি, হৌনবয়া! প্রশান্তগ, লুংলিনবগী ইহল থজিত্তংস্থ শান্তিবু কংহন্দে। শান্তন চন্নিবস্থ 'ইতা' হায়বদগী হেন্নমদে। স্বর্নলতা—থন্ন থন্নদগী শান্তিগী

মচুম কাউব চংলে ; লোম্ন লোম প্রশান্তগনু উম্রম্মী। শান্তিগী অচৎ পুকুচেল মতুন অমত্তুংগ হাজহোগে—মীগী থংহৱিংদব অয়োব থংগে নিংদে, মাগীদি অথংব মথৈ পন্দন ভাকুখোক্লই।

অচিকপ অহিং কয়া প্রশান্ত অমসুং স্বর্নলতা নিংথা তম্ন উম্ন-রম্মী। থবাম্বিডাক লিশিং লক্ষান মথোম্ন অনিনী থুংলি কুমৈ উরগ ইকাইজবত্তম মমিং উইশিন্দুন থাংলম্মী। থাজ মহাকম্ব য়েংতম্নদ-তুন লৈচিনগী পনথুংদ লোংখিরম্মী। বাশকী মপাল তাংতুন নৌরবী স্বর্নগী তবারবী চিৱান প্রশান্তন কয়ারক হন চুপচখিরম্মী। অরৈব পুম্নমক স্বর্নপীদি থমোঙৈন য়ান কচ্চরে মতাওম্নম্মী, অতুবু প্রশান্তন পুম্নমক লৌথিদে। সমাজগীদমকত প্রশান্তন অপাম্ব পুম্নমক থাংলম্মী, ঈশ্বরগী নোংদমবু কিজবন নিংথা তম্ন লমহেম্নিংব পুক্কিংবুদি পুক্কম চনিরম্মী। অপাম্ব অতুবু অমদি কচ্চরবু লৈন-খিদবদি—তণ্ডাংলবী থজাই অনি, যোমোমবী চিৱাস্তগ, নৌরবু হকচাং শিনথুংনে নাম্বিখিব অসিতনি। অভিনয় থুদিংগ লোইনন লেপ্ন লৈতন হায়নখি "কাউনমুসিকো, থাদোক্লত্তমসি।",

মুজা পাথং কয়াগী মরাং হৌরব হয়াউ কুমৈ স্বর্নপ্রশান্তন চিথদে। মথোয় অনিগী মতৌ মুম্ন থংনিংব কাংথুন কুমৈ হুমিংকী য়েংশিলজুব মাইকৈদ মবাম্নিবু উদন তোক্তে। লিকোন শাম্নকমদ মথোম্ন অনি নাক্-য়েং ফম্মিমতুন বাম্বি শারম্মী। কমদা থাকল চেংবদ থুজেং পালোইনরম্মী। লাইকম কয়ান্ত-ম্বারুনী, ঈশ্তো-রোক, কোতক, থোংতাম্ যোন্দুম লোইনতুন চংমিয়ৈ। লাইকম-শিংগী ঈশ্বরদ অমত্ত ওইন নিমিত্তৈ "পূজা লৈপুব শিবিম্ন, [illegible]

মহৈ য়ানহবীয়ু।" অউব অমংব মীয়াম্ন স্বর্ণপ্রভাগী লৌবুকন লুহোংলগনি থাজনৈ, খংদনা উব কাংবুব লুহোংলব অনিশুব খরবসী। থামাক্টী-থমোক্টী শিন্নরে, ব্রাশক কিশিনখ্রে, অঙবু "অয়োইব ফুংশি খুদোলদি শিগে নিংজংনু লানথোক্লমদে, লৌগে খরবস্থ তকশিন্ন-মদে।" অসিডনি মখোয়গী ব্রাংলিব।

মতমসু অমুম হৌখ্রি, অছুগ লোইনন প্রকৃতীগী দৃশ্যশিংমু গুর গুর উরি, শকলোন কয়া হৌংলি। নোংম মুহথিন অম স্বর্নলতা মাগী কাদ উপন্যাস অম পানিংনে ফাক্তোক্তুন মমেক অম অনিদং মুয়ব মিংমাদ মমি তাহল্লমী। মখান পয়ব পয়ব চংলকতুন কোটো অম পিয়ন্মী, অছুগ ব্রাহৈ অসিদং হায়রমগ মপুক্লিং ফুং-জাইবগুম মোমোন নোকতুন থোকাথরন্মী—"য়েংওই মুগী মচা, নপাবুংন ব্রারোইনরে হায়, নংমু য় দ লাক্ত' ব্রাপোং নত্তে; থাগে জাং অফব, ইনাক্ কৈরাক থুম ইমুংনি। মপা অহু নপাবুংগী মরূপ অমমুনি হায়. মমিংব কিরন কুমার কোই হায়, লাক্লিব মেয়াগী ১৪নি পাম্ন মুমসকৈস মুমিং অসিদগী নহার্কী অরেম্ন মুএনাক লৈর-গদবনি, মশক থাগুম কয়াদ ইংন জোন কজরিব, মুগী মচা নরাই-বক কপ্রেদা।" মমাগী ব্রা পুম্নমক মরিক চুম তায়ন্মী, মমান চংপ্রবদ তু চুংলন্মী। শোনথি থংনে "ঐগী লুহেংবা!" হৌখিব মতমদ স্বর্নলতা অসি মমা মপান হায়ব ইথন লৈকাই শিনথুংন মমিং চংলহৌনি। মমান নোকচথিব অছুহ্ 'হায়ব ইবী মচা নিজোনন লুহোংব অসিহ্ য়াগনি' নিংজবননি। কোটো অহু স্বর্নলতান য়েংলন্মী—মুগীজা ওইবীশিংনে পাম্নব লাই মচাগুম শক্তাম্ন। মরমদ

অমুম ইরমী—"কিরন কুমার, বি, এ, এল, এল, বি," ওাইহাক লাইন লৌরব মীওম স্বর্নলতা, মিং কুপ্তন কিরন কুমারগী কোটোম্বু য়েংলম্মী ।

মমান লিত্তিমী স্বর্নলতাবু থেম্মম্মী—"নপাবুংগী পুকচেল নং খংলেদনা ? লৈকাই মমাংদ য়াথোক য়াথোম থোকহনগম্ব, নংন নমা নপাবু পুক্তি অর্মসগী কাইনদনব তৌ। অহুগ পংগম্ব হুপ্পী মচা 'হুংশিব হায়ব অদো কৈস্বু লৈব নত্তে, মহাক অহুবু কাউ-থোকপদ হুমিং থরুনিদনি নংন য়াগদব, লুহোংলব মতুংদ নংদ হুংশিকব হায়বদু নপুরোইবগী মকমদ পুক্তি চুম্মগী লেংদন ফংজগনি, নখোয় নহা ওইবগী হুংশিনব হায়বদুদি মীনম্বনি; ইনথংলকপগী মম্মাই কাবন মিহোৎহনব মাং তাক্কব লাংনি। অমুকম্ব হেক কংগ-দব হুংশিবগীদমক্ত নমা নপাবু পুক্তিগী কাইনব!—নংম্ব মুম থম্বু, মহে হৈরব, লাইরিক মমেক থরদি মউরবোনি।" স্বর্নলতান অহাম্বদ —ওস্মোই, অস্মি হায়বনচিংব য়াহৈ কয়ান য়াদে হায়ব উংলম্মী, অহুবু লুহোংবগী মতম নকশিন্নক্কব অসিংদি চিং-লৈম অমদি মহাকী মোমোন নোকপ হৈনজরব চিম্মান মহৌশাওুম লৈতেংহনত লৈম্রে । মমান থম্মম্মী 'য়ায়বনি' হায়ন, অহুবু অশেংব য়াকমদি কোংলোম্ব ওইবন উনশাগী কুয়োম 'হুংদ মনিং তমন লৈরি ।

ওসি স্বর্নলতাগী লুহোংব হুমিংনি । মহাক মহৌশাওুম হৈনজরবী থোথোব মিনোক থাদোক্কে, অমুম ওইহনম্ব কনা অমত্তদ মহৌশাওুম য়াম্নি য়াতাইদি শাদে। অসিন তাক্কিথদি মহাকী পুক্কুংদ কনানম্ব খংলব য়াথল থম্মি অসিনি। অশেংন—স্বর্না-

লতাগী পুকচেল ঐ থংই, ওরাং কাউবদ প্রশান্তন লাক্লগবদি মহাক শোইদন প্রশান্তগী মতুং ইল্লমগনি, অদেগ্ন পুকচেল চেন্সবী সুশীলা লক্ত মহাকন্না চল্লি। স্বর্নলতান লুহোংব অসিগী পাও কংজ্রিক্তে হুমিং নিনি—হুন্নগী মমাংদগী মহাক্ত প্রশান্তবু উব কংলমদে। অশেংব থংজবন্না মহাক্ত প্রশান্তন নাই হাববদি তারম্মী।

ওসি কাউবদ পুক্নিংগী অশেংব, থ্বাইদগী হেন্না নুংশিনন শুন তিন্নজবনি হায়ন—মীনম্ব কয়া য়াউথ্রবন্নু থম্নব শান্তি পোৎলোই শেংলবী স্বর্নলতাগ উন্নরম্মী। শান্তিবু হেক উবদগী স্বর্নলতাগী হৈনজরব মোমোন মিনোকতু মচেং মচেং কাইব হৌরম্মী, ছুঃ চুংলম্মী। স্বর্নলতান হায়খি—“ইত.! নথোয়গী তামোন ঐহাক লুহোংগনি হায়ব থংত্রা?” শান্তি “করিগী থংদনি? থংই, অদুবু ইতা, নাতুন লৈবন লাকপ ওম্নরোই থম্বদগী কপহৌই। তামোবু লাক্তে হায়দুন শাউবিগদুকো ইতা।”

“নাতুন লৈরিবা? অদুগ কপহৌই হায়ব? নহাক্নসৈখেদি কারগীনো ইতা নারি হায়ব তাক্তবদি?” স্বর্নলতা থিংব ওমদন পি তারম্মী, হিক্ হিক্ চিংথংন কপ্লম্মী।

“করিগী নংদি কপ্লি ইতা?” শান্তিন হংলম্মী।

স্বর্নলতান নহ্মন মখৈ কোংদোক্লমদব অশেংব অদুমক তাক-থোক্লগে থম্লম্মী। অদুবু, কাদ্রে থম্নবা হায়, খিরম্মী “ঐগীদি ইত, ইবুং অমত্তম্না লৈজদে নহাকন্না থংলিব নত্রা?”

স্বর্নলতা লুহোংব লোইজ্রে, শামু “থক্ত খিনত্রে।” হৌগং-কাংথৎপ ওমজ্রবন্না থমোইগী মরেম্ম উহৌদব য়াদে থনাখিবন

প্রশান্ত, লম্বী ময়াদ লেপ্লদুনে স্বর্নলতা মিংকুপ্তুন অমসুং শিরাক্লে অরোইব খুদোল ত্তমদুন য়েংহোই। উদব স্বর্নলতাদি য়াথংলঞ্জী ঈপ্লাক্ত ঈরোইনন লেপ্তুব শামুপী খোংচংনে ময়মী সজাই য়োম্রে।

শিব য়ায়ব প্রশান্তনি, অদুবু শিত্রে। মহাক্ত অশিবগী থয়ান্তপী ময়াবু স্বর্নলতাগী মকমদ সুংশি খুদোন ত্তমবগীদমক্ত লিথোকহৌ-রম্মী। নোংম নোংমগী করক্তুন হায়গী ফিভমদ লেপ্লে।

স্বর্নলতা লুহোংখিব থা ত্তরুকলোম ফাজিল্লক্লে। মপামদ উসব অম তৌবগী বার্তন ফংলম্মী। স্বর্নলতান উসব অদুদ শান্তিবুস্ন য়াউহন্নব হায়খিরম্মী। উসব সুমিং অদুদ স্বর্নলতা মনেমবোক্ত লোউনন মপাম মাইকৈ তম্লক্লে। মীয়'ম্ম খুরক হাংব্রব শরক, খাইরমন কৈথেল ময়াদ, মোমোন নোক্লবী স্বর্নলতাগী মিংয়েং অত্তয়ব অমদ লেপখিরম্মী। অতৈ কনাম্ন নত্তে—প্রশা-ন্তনি। স্বর্নলতাবু উবদ মাইথোং চিং ক্লেমখিরম্মী; অনিমক্তী মিংয়েং পুনখিরম্মী। অদুবু মিংয়েং অনিগী তিম্নবদো মতম কুইনগী ওইরমদে। স্বর্নগী মোমোন্ মিনোক্ত চিং ক্লেয়ব প্রশান্ত মাইখিব ফংবগুম্মম্মী। মাইথিরব প্রশান্তগী মিং অনি লৈথা তম্ন লুকথনি, লুকথ লুকথন মাংগী লম্বী য়ানখিরম্মী। নিংব কাইরব—মাইথিরব প্রশান্তগী লৈথা তম্ব মিংয়েং! করি হায়রি? হায়নিংলমগদ্রা— "স্বর্ন নংগী রাশক, সুংশি রারি—পুম্মনক নংন নিংখিবা, মত্তমগী লেপ্তুব ঈরোনসুংদ ত্তাইবং শক্লোন লৌহুন লোংশিনগদ্রা?' খংলে, ক্লজবী নিত্তোন্গী পুকচেল্দি লৈতাগ্নি, অরেপ্ল শকভং লৈত্তে।"
অসুম থল্লমবদি—সুক্তা ওইবীগী সমাজ, মহাক্ত অমুব কাজিলী

শক্লোন লৌঙুন থাজরগী মাইথোং মীনথ্রী কিজং খঁজরেদো। স্বর্ণ-লতা—মিৎয়েং অনিন তিন্নখিব মকমদ লেপজুন চৎপ্রব প্রশান্তবু য়েংহৌরি মীশিংনবু, তাম্নাথবদগী থাজ্জনখিব প্রশান্ত উব মতমদ মমাই এন্দুন য়েংলকই, মিৎয়েং অনি নৌন পুনখি। কুইনগী নত্তে —মীয়াম্ন লুখিনখ্রে. প্রশান্তবু অমুক হন্ন উব ৰংঙ্গে। অদুবু স্বর্ণলতা লেপ্লি, মীরক্ত প্রশান্তবু উখিগ্রা—য়েংলি। স্বর্ণলতা— ঙুংশিববু থাদোক্পদ কুংগুম কল্লব থমোঙ্গি করিগী মহি চেল্লি! পি মরিক অম অনি মীয়ামগী থোঙ্গুন 'থক্ত তপ তপ তাখি। মহাক্ক মহাক্কী থমোঙ্গদ অরোইব গনথুং য়োঙ্গ্রি'কাউ' মুৎলরোইদব দৃশ্য অম য়েকখি—মহাক্কী ইক ইব থংত্রব মাইথোংন থোনা ফব উত্নুন য়েংখিবগুম থোক্লব মিৎয়েং, অমদি করেম্নব মাললব মোমোন মিনোক! অমন—নিপা ওইন পোক্লগ খুপীজা ১গী মাইথোংদ য়েংগুমদন লুকথখিব—তাইওম্নরব—হম হম, অদুবু য়েংদবগুম তাম-প্রব প্রশান্তগী শক্লোন। স্বর্ণলতান খনখি—উম্নব মিৎকুপ অদুদ প্রশান্তগী মতো মহাক্কী ওইকম থোক্লম্মী। মহাক্কী, মথক্তদ লুপচং-ক্লব মাগী সংসার মনেমবোক্ক থুগাইরম্মী "করি তৌরে খুপী মচা নহক্ক লেপহৌরবদি? ইমাদি আঃ য়োক্করে—হৈমা! করিগী কল্লিবা?" মিৎকপ থোক্লবী স্বর্ণলতান করি খুমগনি!—"ইমা মকম অনিদ,—হৌখিব থোদোক অম নিংশিংলম্মী, ইমান খংবদ ঙুংতাইরোই!"

উম্নবগী দৃশ্য অদুতবু নিংশিংদুন পিনৌরবী স্বর্ণলতা—শান্তিব উম্নরবদগী পি কংঙ্গ "ইতা! নথোন্ন তামো নাব করেক্কো!

অহুম্বু লুহোংনৱ য়াক হায়নরা ? হৌজিক কাউৱ লুহোংখিরোই হায়রবা ?" শান্তিন হায়খি "ইতা ঐখোয়গী ভাগোসে লুহোংবগী য়াক পম্ব য়াদব ওইনা তৌরে। ঈশান পাবু-ন হায় মান ওইনা ভাগে। মতং থরগী মমাংদদি ঐন হংলুবদ—'ইচনগীদমক্ত ননম্বদি সুনিতান ওইগদৌরিবনি' অসুম্বক হায়রম্মী। হৌজিক্তি ঐন হংলু বদ—'ভাগোদি পুন্সি'সিগী লুহোংলরোই' অসুম্ব হুংঙাইতব উংনা খুমই।" শান্তিগী য়াহৈ থরসিদ স্বর্নলতান থংনিংব য়াউনা হংগ্রবমু থমোঈ চৈনা কংলে। "ইতা, নংদি সুনিতা হায়বীমু মশক থংগ্রা ?" চিংনব অমগ লোইনন হংখি। 'কদাইদগী থংউগবনো, নহাক্তাইদি ঐখোয়গী স্কুলদ তম্মী হায়রম্মী, হৌজকতি শিগ্রে খুম্মী। ঐন থংজরম্লবদি হুংঙাঈজরমগনি।" "শিগ্রে হায়বা ?" "উমা! ঐন থম্বৰ লুহোংখৰ ওইরমগনি খল্লি। ভাগোগী নোট বুককী মচি মচিং ঐন উখি,—অঙাংব মূক্ত ইরম্লুন—"সুনিতা! নংন ভগোংন শিরম্লু বদি ঐমু শিরমগনি ? ঐগীদমক্ত হিংন হিংন শিরেকো নং……।" "ওঃ…মহাক হিংন হিংন শিরবী—।" স্বর্নলতা খিংওমদন পি তার-ম্মী। শান্তিন ওক্ত হংখি—"করিগীনো ইতা কপলিবাদে" স্বর্নলতান খুম্মী "নহাক থংগ্রা ইতা হুংশিবগী থমোঈ ? মুগী অহুন নখোয়গী ভাগোগী প্লান্সং করি ওইহল্লে ? মতুংদন করি ওইহনখিনি ? মহাক অদো হিংন হিংন শিরবী—তমখিবীনিনে ইতা! নহাক্তি য়াগুম ওইরম্লুকো।"—

* *

*

মতমগী ঈচেলদ ঈয়োইনন তাম্ভথরম্ব কাউশিং পয়েপকম ওইন লাংদ পন্দুন লেপ্লে ! স্বর্নলতা থাবুম ও (অহুম) শুরব মপাগী অম মথাদ পমজব ফংজরে। মতম অহুদ শান্তিগী বার্ত্তন্ কংলম্মী —"কাইরেন পানথংলকপ তয়েংনিদ ঐখোয়' তামো প্রশান্ত লুহোংলগনি। ইতা নহাক লাক্কব যাদে।" স্বর্নলতা থমোঈদ চুংজাইবগী ঈথিন্ অম কাউরম্মী। তু চুংই, কপ্পী, নোকই— প্রশান্তদ 'লাল্লে ঙাকপিয়্, হায়জহুন চাম্নগে খজরম্মী। মচাবু মনেমদ শিন্নয়মহুন স্বর্নলতা শান্তিখোয়' য়োরে। ঙম চংচবনি, প্রশান্তগী বর য'ত্রা নংহৌই. মখোয় অনি মিংচানথি। স্বর্নলতা অমমুং শান্তি বর যাত্রাগ লোয়নন লুহোংকমদ চংহৌজ্রে। শান্তিন হায়থি "হুতা! তামোনমে ইনথগী স্না লিকল্—খুদোপ ঐঙোন্দ শিন্নরম্মী, অহু য়েংথিসি, অহুগ গাড়ী অমদ চংলবসু চংসি, তামোনদি লাকহু হায়রম্মী।" প্রশান্তন শিন্নরম্ব শোজৈ পাইহুন পিক্কক তৌরব তরাং অম স্নাগী নৈক্তেং য়েংনব হাংদোক্লম্মী। ঙস্থোকপনি! স্নাগী নৈক্তেংদি নৈরমজ্রে। হাংলব তরাং অতুদ থুপচিন্নব চেজেং অনি থাওরম্মী। স্বর্নলত অমমুং শান্তিন কাক্তোক্তুন পারম্মী। অহাম্বগী মরোম্দি "শান্তি। ইবুংগী মুংশিরবী! ইবুংন ননিং থুংহনম্ব ঙমজ্রে, য়ারোংগম্লকো মুংশিবী। ঙসি অসে ইচিন ইপ্রাগী কাইনব পুথিং-নি। নহাকপু তামোন লুহোংকমদ লাকহু হায়রম্বসু অসিতগীনি। ইচম হংথি সুনিতা কনানো? ঙসিমু তাক্লমরোই, নহাকপুম্ব শাউরুগম্ন—কুইন ইররোই। তামোবু শাউগম্ব; হয়েং 'মুক্কী মপোক্ক'—পোকথিসিকো ইচিন ইপরা ওইন! অনিত্তব চিঠি'সে

তামোন খল্লি, নহাক্ক সুনিতান শিংগনি হায়ন।” অনিগুব চিঠিদ সুনিতা—“নহাক্তি ঐন নংবু মুংশি হায়ব থাজদব মাল্লে। ঐনসু —হায়খি—থাজহনগনি হায়ন, ঙসিদগী থাজরোকো—নংনে কাউরক্ল-বস্ন ঙদি, কাউখি' মাল্লে—“তাক্লম্মুকো ঐহাকপু নংগ কাইনব মিংকুদ্ত”—অসিনি, ঐদি তাক্লম্মি, থাজরোকো খোমোন নোকপী —পুন্সিগী বিদাই।”

চিঠী অদুন পাব হেক লোইবগ মুমাং য়ৌন গাড়ী অম থোং-জিল্লক্লম্মী। গাড়ী অদুবু য়েংন য়েংনে শান্তিন স্বর্নলতাদ কপ্লদুন হংখি “ইতা নহাক সুনিতাবু কনানো মশক থংব্রা?” স্বর্নলতান খুম্মদে, কপখি! করি খুমগনি? মীকপ থোক্ন মক্ষম অদু লিল্লম্মী। প্রশান্ত লম্বীদ শিরে—হু থকখ্রে। শান্তি অমসুং স্বর্নলতান উরম্মী —মুরৈনরব প্রশান্ত! ময়াম্ন কপ্লরিবৈদ স্বর্নলতা মুংশিংকী মমাং থান মপূরোইবগী মমুম য়ৌরে। মখুত্ত ছুরি পাইরদুন নিংজরক্লব, কাইরব খম্মোঙ্গবু থিজগে তৌরম্মী। অদুবু মনিং তম্বা স্বর্নলতা নত্তে, মখুত্তগী ছুরি অদো কনান মৃত্তবন্ন থাদব তাখি, থাদগেন্ন খনহৌদে—লৈমাই'থক্ত তাখিরম্মী।—খোল্লব তেল্লা মোনপাক'থক্ত মবুক লাম্নব অঙাং অদু হঁঙা হঁঙা কপ্লক্লম্মী। নোংমে লৈমাল্লন মলামদ লৈরিবৈদ প্রশান্তবু থওইরমদবন লংজরম্ন মমান—ঙসি মমা ওইরবী স্বর্নলতান লাঞ্জক্লব মচাদ লমন খুম্ম মতিক লৈত্তে।”

নিংশিংলি, নিংশিংদুন লৈখিনি; অসিনি ঐগী খান্নি। মমা ওইবী মখোয়দি ঐগী ইত্তৌ তমগন্নুকো।

# নৈকোল নুংদ

শরদকী থাবল করব অহিংনি। থাজল নোংচুপ চীঙদোলদ লেপ-চুন মালেমবু মিং কুপ্তুন য়েংলি। পুম্রি পাং কয়াদ থরোন ফুগাইন শাংলি। ওন্থোক্ত চিকপ্রে, অচিকপ অসিবু কনাগুম্ব অমত্তুন থুগাইত্রি। নুমিৎ চুপ্প তেংথাখোত্তুন তাইবং থক-থক নিকঙ্বী লাক্ত থোংবী মকু চেক্লাস্থ মতম অসিগী অচিকপবু থুগাইনিংদছুন মনা পুংব পামেল উপাদ উইছুন লৈপ্রে। থাবল কব অহিংদ নোংমদোন থেংন পাই হাবব নোংইল কৌবী চেক্লাস্থ, অচিকপ অসিবু থুগাইনিংদবনরা!—অমত্তম্ থুব কংদে। লেপ্তুন হুব মালং-বম্থ অচিকপ থুগাইনিংদবন ইংন তপ্প শিংখ্রে। অছমকপু পুম্রি' মপাল হৌবী শিঙ্গারৈদি মালং' মাগ শাম্নরি। মালং'গী সিরি' শাছমদ পেঞ্জরবী অশাংপ শিঙ্গারৈ লৈরাংন লুরব ঈপাক্ত চোং-থছুন শাম্নরি অমম্বং ঈথক ঈপোমগী তথক্লব হিমাউদ তোংছুন মপান কবগী হন্নাউরিবী ফুগাইন শাংপী থরো' নাক্ত সুংশি ৱারি শাব চংলি।

অচিকপ মতম অসিদ সুজা পাথং অনিম্থ তিম্ন লৈরি। পুম্রি মপালগী মালিকা, কুন্দ, জাতি-'কুম্নীন কুংন হৌরব, অতুগী মঘাইদ, মউ চাউরব লৈহাউ পাম্বী অমদ পাথং অসিন মনম্ন তাথরি। মাগী থবাক্ত সুজা অসিন তাথরি,—মাইথোং থমম্থ লোংলি, মরক-মরক্ত লুরব সিংম্না অনিন পাথং অসিবু মিং পেম্নস্থ য়েংলৈ। করিগী

অহিং অসিদ অমদি অচিকপদ তিল্লিবা? মনিং ত্তয় অয়ুক ছুংখন্দ ছুংশি য়ায়ি শাব ঙমদবনরা? অদু ওইরবদি হৌজিক করিগী য়ারি শাগ্রি? পাখং অসিদি তসেংন তুম্নবগুম মমিং চেজেং উইশিল্লি, ঙাইহাক্তস পাংথোক্তে। হুপি'জা অসিদি অমুকস পাংথোকৃই, অমুকস্থ উইশিল্লি।

অচিকপ .অসিবু থুগাইহুন সহরগী মাইকৈদগী অনিত্তুব পুং-জাগী কাংসী য়ৈরকপগী খোঞ্জেল তারক্লে। হুপি'জা অসি কান্নৌ খোঞ্জেল তাবদ থংবগুম তৌই। পাখং অসিবু কোল্লম্বদগী তম থাদোক্লগ হায়রকই—"প্রিয়,.........হো প্রিয়!" পাখং অসিন তম্ন মিং পাংথোক্লহুন হুপি'জা অসিবু য়েংই—"করিগীনো কমলা, কৈদোয়বগে?" কমলা "য়েংওই পুং অনি তাখ্রে।" প্রিয় "অদো কৈদোরবগে?" কমলা হায়গদব হায়রো, ঐ চংলগে।" প্রিয় "করি-গীনো অস্থক কিংন? ঐবু হুংশিরক্লহুন থাদোক্লনে চংলগে হায়-রিব্রা?" কমলা "তৌরক্লগদবনি মাগী!—ঐখোয়'ইমা হৌগংপ মতম ওইরে, হেক হৌগংপগ ঐবু কৌই, থুমজ্রগ করি তৌরবনো য়েংব তত্তুন লাকই।" প্রিয় "লাক্লগ কৈদোবা?" কমলা "অদো, —ঐন 'সিদ লৈ ইমান কমুংদ থি.........মতুংদ খোকপ য়াত্রবদি?" প্রিয় "করে কমলা,—ঐহাক অরোইব য়াশক পামহুন লাকপনি ......।" কমলা "ঐবু থাজদবনা?" প্রিয় "মাদ্রি।" কমলা "হোয়! থাজকমদি খোক্তে,......নংত্রদো—ঐদি জগোঙ্গৈ শাবৌনি? নত্তে প্রিয়! ঐবু থাদোকপিগনু, ঐবু থাজবিয়ু। থবাই হকচাং পুম্নমক নকমদ কচ্চগ্রে, পুম্নমক নহাকৌনি, ঈশ্বরন সাখিনি। য়াখল অনি

থজরোই, মিংরেং অনি শুজরোই………।" প্রিয় "ঐহাক্তৈ বাশক্লি,—প্নাইরিবা ছুরি অসিনা সাথী ওইসন্থ নহাকপূ মতুনা হুপী অমুত্তবু য়েংলোই।" কমলা-"তামো ছুরি অহু ঐতোন্দা পিবিরো-।" প্রিয় "অসিনা নংগী করি কান্নগান?" কমলা "হুংব-বুদি চুম্মী সুপীনবু শা ফাগত্রা……তামো অতুনা অচিকপা অহিংদ তামোগী উম্নবা লাকপদা নচনগী পাংগল ওইগনি।" প্রিয়-"ঐগী শুক্তব লমচং উরগা নমথনবা তারেনে?" কমলা-"ওহোক্কা তনজ্রে—অতুনা করি কান্নবগে? নত্তেয়ে, কনগুম্বানা ঐবু রাকন্নর-বদি? পুম্নমক তামোগীনি' করিস্ত অয়েংপা লৈজদে ঐহাকী,—সে পিরোবা।" প্রিয়না কমলাদা ছুরি পিরে। কমল৷ "চংগে?" প্রিয় "চংতো।" অতুবু কমলাদি মোমোন মোক্তুনা প্রিয়বু য়েংহনা লৈরে। প্রিয় "করি য়েংলি কমলা? চংতো, ঐহু চংলগে!" কমলা "কেদৌয়বা?" প্রিয় "করিবো?" কমলানা প্রিয়বু কোক্লিন্লি, অহুপা মৌরবী ঃথলাই ওক্লিন্দুন য়াম্না তপ্না হায় "সে!" প্রিয়না মোমোম নৌক্লগা তপ্ন চুপশী। কমলা "হ: অহুথক্কং………করি তৌরে, ঐবু রাইম্নরোই থবু।? করে চংলগে!" অতোপ্পা থজাই, চেংনা কোক্লিন্দুনা তপ্না চুপ্পী "কমলা ঙসিদি ঐহাক মবু তংশেংনা থাজরে—ইশাগী হৈরনবু করিগী লাংথোকলগে?" কমলা "হ: নিপা হায়বসি অসি ওইরে! থংলৈ ঙসিদি তংশেংনা লৌনবা ফাংনি।" প্রিয় "ঐহু তাঁসতা মথংই, সুপী হাবসি থাজবনা ওহোক্কা তুম্মং-লি।" কমলানা প্রিয়বু থুনিং কাংহুন তপ্না চুপ্নগা "প্রিয় ঐবু কাউবিগনুকো" হায়রম্লগা কেক্লিনজ্রে। প্রিয়না থম্মোই তানা

লোক্তুনা কমলানা ইমুং চংখিবা কাউব য়েংলগা "মহাকপু করম্ম থাদোকখিগে ! ওইথোক্তবনি, থম্মাইন্থ থাজসন্থ, মহাকপুদি মিংকুপ অমত্তন্থ কউথোক্লোই" অসুম্মা শোন্দুনে তম্মা লৈকোল থাদোক্লয়ে। থাজন্থ অসাই মথৈ লেপতুনা লৈরম্মা, তোক্তুনা চৎখ্রে। মকুন্থ "কু-কু" খোংলক্লে। অচিকপা পুম্নমক কাইরে। প্রিয় হৌজিক্তি তাইবংসি ইরাং লাংবগুম অমদি অকিব দৃশ্যতা উবগুম তোনা, হয়েংদগী কমল। উবা কংলরোই থম্মা-থম্মা য়ুম তম্ম চৎখ্রে। **

থাবল কবা অচিকপা অহিং কয়া, মনিং তম্ম কমলা ১সুং প্রিয় কনাগী অয়েংপা লৈতনা সুংশি রাশি শাই, রাশক কয়াম অমনা অমগী থম্মোইখ্ থাজনহল্লি। সুংশিবগী অয়োইবা পনথুং য়োরে, পুম্নমক থাজনবগী মথা পোম্বনি। লিরি হুম্ব মাধাংবা মেনা ওবা থাজ, অবদি অচিকপা লৈকোলনা সাক্ষীনি ! প্রিয় অমসুং কমলা পুন্সিগী কাউররোইদবা থুদোন কয়া তমনখ্রে। অচিকপা ইরোনমুংদা মথোয় অনিগী পুন্সিগী ময়েক লারম্মা খোথোক, দৃশ্যনা ফিরক থুম্মা লোৎলি। সমাজ 'মাংদা লুহোংবগী দৃশ্য য়েংগদবগী তুমিন-তুমিন থম্মোই অনিনা লাংতক্লন ওাইরি। মথোয় অনিগী থম্মোই-থম্মোইদি শিম্নখ্রে, অমগী হকচাং অতোপ্পগী ওইখ্রে' আত্মা অনি কনা উহন্দনা পুনখ্রে। নোংদমন্থ অঙকপানি, লোংপা য়াদবা মথোয় অনিগী সুংশি থুদোন সমাজন উবা ফংদে, মথোয় অনিগী থুদোন মথোয় অনিতনা থংজবনি ।. থুদোন মমি তাদবনা মথোয় অনিন্থ সমাজবু থওইদ্রি।" হেক থোক্লকপগা লুহোংগনি হায়রম্মগা। প্রিয়, চহি অমগী অরাংপ ডাক্টর তম্বগী মতম

কমলাদা ঙাইহন্নবগা মীরৈবাক্তা চৎপ্রে কমলানা থৈজে "প্রিয়রনা ঐবুদি লোল্লা লুহোংপ্রে, সোইদনা ত.ইবন্দা মামা হেক লাকপগা কোংদোক'পিগনি" মপুক্কিং হরাউনব্র শোঁইজে 'তাবো নহাক্না ডাক্টর সাহেব অহুগা ঐনা নংগী করি ! হুম" মতোমতা মে'শোন নোক-চৈ। কারিগুম্বদসু মীতোপশিংগী রাহৈ তারগা থম্মোই তনিক তনিকচৈ। অরাবা অমমুং মুংঙাইবা অনি য়াম্মনা চহি অংগী মতম ঙাই'না কমলা, সমাজগী চৎনবী মুম্না য়েংলি।

* *

*

মাইথোং কজবী, শাবান নিংথিবী কমলানি। মহাক্কী অয়েংবা ভাবোকপু গুম্বাংঙম্বা জগোঈ থুৎথেক, মালংগী শহুমদা কৌনাগী জগোঈগুম, কমলানা শারকপা অয়েংবা পুন্নমক ঙক্করি। চেংতক্লবা খ্বাংনা, লৈনা শারকপা জগোঈগী মতমদা কাউ'ভমদনা মিহৌবা পোকহল্লি। মথোং কারিবা পাথং কয়া, যৌবনগী ঈথক্ক হকচাং কান্নাৎ থুদিংদা লৈতেংলিবী কমলাবু উবদা থম্মোইবু পোথাবা শিদনা ওৎলি। নোংম-নোংমগী, পুংজা থুদিংগী, মিৎকুপকী লেপ্তনা মাইকৈ থুদিংদা কমলাবু মিহৌবা পাথংগী মশিং হেজংলক্লি। কমলাগী কিতমঃ—শাদাম্বনা তুংদা তাম্বরক্লবী, মাংদা লাংনা থৎলবী উপাই লৈজবী সজি অমোমগুম্মি। মহাকপু মিহৌবশিংগী মশিং হেজংলক্লিবগী মতিক—নিংচৎসু মাইকৈ শিম্না শন্দোক্লক্লি। মাইকৈ অমদা জগোঈগী নিংথিবা কলাগী মিংচৎ কবলানা কংলি, জগোঈগী সংলাঙদা হৈকাইখুম্নরি। অতোপ্পা মাইকৈ অমদনা মমা-মপা

ওইখশিংমা. রাখল থেৎ. তাইবং'শিংনা "ওক্রবী" হায়না পাউ-খোকপিরি। অৱাবা খল্লোইবু মাগী শাখেক্না শাস্তি পিরি, অসোয়বদা মহাক্কী মিংচৎ অচিকপঃ অহিংগী থাবাগুম লংলি।

মতম পুম্নমক্তা পোমশাংনবী গুলাবকুম মোয়োয়বী কমলা, রাহুনা উম্নবা থাজগুম মাইখোংদা মাইহিং কাবা হৌরক্লে। অচৌবা সভা অমদা জগোঈ শাবা চংকদবা থুমিংনি। চাউরাক্না মতম অহু মুংখিল পুং ৪ রোম তারগনি। পুক্নিং চংনা কমলাবা কুন্দ পরেং অমা লেংলি। কুন্দ পরেং অহু লেংবা লোইরবদা মাগী কাদা চংক্লে, মিংথেন চম্বা প্রিয়গী কোটো অমা কনা থংহন্দনা তরং মখুংদা থম্লবদগী পুথোরক্কুনা টেবল মথক্তা থম্লে। কুন্দ পরেং অহু প্রিয়গী কোটোদা হুক্লহুনা মুম্না য়েংহনা পুক্নিং মকা লাম্না মতুংগী ১মুং মমাংগী রাখল কয়া থম্না লৈরি। মতম অসি মুমদা মতোমতমক মরৈ। নোংমা প্রিয়না হায়রম্বা রা অমা কমলানা নিংশিংলক্লে "কমলা ঐনা ডাক্তর তম্বা লোইহনা থোক্লকদবা মতম শরদ ঋতুদনি, সরদকী মপুং কারবা পুর্নিমা থুমিত্তা নংগা ঐগা লুহোংবা থুমিং ওইগনি, মুংশিবা! থুমিং অহনা নহাক্না নত্তোমত লেংজবা কুন্দ পরেং অমা ঐনা শুকপবদা হুক-উকো" কমলা মতোমত রাখল কয় থক্লহুনা নোকচরি, হরাউজ-রি। প্রিয়না মীরৈবাক্ত চংখিবা চহি অমা কাপদোরে। হৌজিক মেয়া থানি, তংশংন প্রিয়না হায়রবা রানা অচুব ওইরবদি হিয়াংগৈ থাদা মহাক শোইদনা লাকনি। হিয়াংগৈ পুর্নিমা থুমিংকী রাখল থমবা কমলা পুক্নিং লুপ্লি। মতম অসিদা মী লাকপগী শাহম

থরুতসু কংদনা কমলাগী মমা লৈমা, কমলাগী কাদা চংলক্লে। লৈমন চংলকপা কমলাদি করিস্থ খংহৌদে। প্রেয়গী কোটোদা কুন্দ পরেং হুক্লিবা অদু উবদা মুন্না য়েংলম্লগা তপ্না মপান থোকক্রে। মপান্দগী লৈমন হায়রকই "ইবেম্মা, নমায়বী লাক্লে থোক্লক্লো হৈ!" কমলাসু মমাগী খোঞ্জেল তাত্তুনা থোক্লক্লে। কোম্বোংদা কার থাগলি। মমাম্মবীশিংনা কোম্বোংদগী চংলক্লি। কমলা হায়না ফিজেৎ লৈতেং লোইরবনি। মমাদা "ইমা ঐ চৎলে" হায়রম্লগা চেনক্লে। মত্তাশিংগা অদুমক কার তোংতুনা চৎখ্রে। লৈমনা কমলাগী কাদা চংলকপদা অদুমক প্রেয়গী ফোটো লৈরম্মী। প্রেয়গী কমলানা রাখল অমা থল্লুত্তুনা ফোটো অদু লোইশিল্লমদবনি। মুমিৎ ফোটোবু মুন্না য়েংলগা লৈমা রাখল কয়া থম্ব হৌরক্লে। অসিগী মতুং থরা লৈরগা কমলানা পোউ অমা মমাদগী তারে। "হিয়াঙ্গৈগী মাপন্নি পাম্বা যুএসকৈম হু মত্ত রাজেন কৌবা জর্জ অমগী মচাদ কমলা লুহোংলগনি।" রাহৈশিং'সি তাবদা কমলা মিংকুপ খুদিংগী কপ্পা হৌরক্লে। কমলানা লুহোংব অসি প্রেয়দা ওইনবা মমা-মপাদা কপ্পা হায়জে. অদুবু পুম্মমক উজ্জ ঘি হৈবং গুম্লে। মপানা হায়রকপা রাহৈ কমলানা মিংকুপ খুদিং মাগী নাকোং চক্রদা ওংলিবা তাই "রাজেনগী মপা অদু ঐগী মরুপ্পি রাজেন এম, এ, তম্মী, ইপানা রাশকথ্রে।" মপাবুংগী রাহৈ তারগা কমলা কপ্পা তোকতুনা চিং লেয়া লৈ, অদুম্না পুক্লিংদা থম্বা মচিন্দা শোল্লি "রাশক! পাবুংনা রাশকখ্রবা? কনাগী রাশক্লা লুরিবা?"

*　　　　*
*

শেখর কোৰা পাখং অমা লৈ। হায়কুলগী মুঙিদ প্রিয়মগ লুনা তিন্নবা মরুপনি। প্রিয়না ডাক্তর তম্বা চংশ্রবদা শেখর অচৌবা ঠিকাদার অমা ওইরে। শেখরনা কমলাবু মিংকুপ খুদিংগী য়ুমদগী মপান হেক থোকপগা শেন্নরি। মহাক্কী অয়েম্বা আশানি "পৈশা কয়া মমা-মপাদা পিত্তুনা কমলাবু মাগী ওইগনি।" নোংমত্তা নত্তনা হুমিং কয়ানিমুক শেখরনা মমাদা অমসুং লৈকাইগী মনে-মন্দোনশিংদা কমলাবু হায়হল্লুই। লুপা লিশিংগী হাকম্নি, অদুবু কমলাগী মমা-মপান্না য়াবা কোৰা লৈখিদ্রে, মখোয়না লেংদনা খল্লি "জর্জগী মচা রাজেনদা কমলা পিগনি।" মরম অসিনা শেখরগী অহাম্বা আশা কাইরে, অদুবু মহাক্না কমলাবু মমা-মপানা রাজ্রে হায়দুনা খাদোকে খন্দে। রাজেনগী মথুত্তগী য়ুম্নবা থোরাং তৌরি। কমলাবু উম্নবা তাঞ্জাদা শেখরনা হাৱজে, খেমজে, অদুবু ঈশিংদা থাংনা য়াম্বগুম থোক্কই। কমলাদি কপ্লি, প্রিয়না, মাগী লুহোংনবা থোরাং তৌরবা, লুহোংগদবা মতম কুই-ক্রবা অসি কাউবা লাক্তবগী।

*　　　　*
*

হয়েংদি রাজেন কমলাগী লুহোংবা হুমিংনি, অসি কাউবদা প্রিয় লাকত্রি।

মিচিক মীখোল তাত্রবা অহিংগী মতম্নি। নিপাম্নি পাৰা থাঞ্জনা নোংচুপ চিংদোন্দা লৈচিনগী মরুমদা লোংনা মিংকুপ খরগী

মতুংদা অরাবা থৌদোক-থাক্লরগনি য়েংনিংদে হায়রবগী মতাংগুম মুৎশিং-মুৎশিংবা মঙান মাদেমদা য়েন্না লৈখি। মতম অমদা কমলা প্রিয়না শিরম্বা ছুরি পাইহুন পুখ্রি মপালগী লৈকোলদা থোক্লক্লে। হৌখিবা মতমদদি লৈশিংগী মরুমদা প্রিয়না লোৎলম্মী। মমাংগী রাথল থল্লুবদা শুসিন্ন প্রিয় লৈরমগদবোই নিংহুনা লৈপাল খুদিংগী মরুমদা য়েংই। অশাংপা লৈরাংশিংদা রাকৎলি "নখোয়না ঐগী প্রিয়বু লোৎশিনখ্রে ?" মতম অসিদা লৈহাউ মরুমদগী পাখং অমা থোক্লরুনা কমলাগী মচিন মেল্লরে। অতোপ্পা পাখং থরম্ন মনা পুংবা লৈপালশিংগী মরুমদগী থোক্লক্লে, কমলাবু পুহুনা চংখ্রে। কোন্থোং ময়াদা থামহুনা লৈবা জিপ্পা হাপহুনা য়াংনা থৌখ্রে। লুচিংবা, কমলাগী মচিন মেল্লিবা পাখং অদু থাজগী মুৎশিরবা মঙান্না কমলাদা ভাক্লি—"সেখরনি।"

নোং ভাবগা পুলিসনা মাইকৈ শিনখ্রে। অদুবু কমলা খিবদি ফংদ্রে। রাজেনগী লুহোংবা কাইরে। লেপ্পখিবা লুহোংবা হুমিংকী হুন্নি শুবদা প্রিয় থোক্লক্লে। হেক থোক্লকপগা সরকারনা মাতকচাবা মকম হোসপিটালদা প্রিয়গী পিরে। প্রিয়না কমলাগীদমক্তা হুংঙৌগী তাজমহল লৈরক্লি, স্নাগী খুজি, লিক কয়া মমল ভাংল-ভাংলবা লৈয়ক্লি। প্রিয়না য়ুম হেক য়োৎবগা তারে "মমা মপানা মহাক্কীদমক ভরামরিনি পাক্কা নিংথোকাবা হুমিত্তা হুপি মচা অমা লুহোংনবা থৌরাং তৌরে।" মিৎকুপ অসি প্রিয়গী অরাবা ভাপ্পানি, মিত্তগী পি ভাখিব থংহৌদে। মমা-মপাবু রায়োই। অহাক্কা কমলাবু লুহোংখিগনি খল্লি। কমলাবু উমকগে নিংলি।

অন্তুবু অনিত্তুবা পাউ অমুক তারে "ওক্তবী জগোই শাবী কমলা রাজেন কৌবা পাথং অমগা লুহোংগনি হায়নরম্বদগী পাথং অমগা চেনখ্রে, হৌজিক কাউবা পুলিসনা খিবা কংঙ্খি। প্রিয় অঙাউব-গুমখ্রে, মিংকুপ অমদা অনৌবা আশা হোংলে। মমা-মপাগা হায়নবা মুপ মচা অতুগা লুহোংবা য়ারে। থোইদোক্না কমলাবু লৌনখৌনি খনমা হুংঙো তাজমহল থুগাইখ্রে। মতম কুইনা লোই-নরক্লবা কমলাগী কোটো, ফুরিংখাউদগী পুখোকতুনা লেগাইখ্রে।

প্রিয় মরুপ অমগী ওপরেসন তৌনবা "ডাক্টরশংদা" খুদে। মরুপ অদু শেখরনি। শেখরগী পুক্তা থাংলা খিম্বগী শাথিনা শোক্লে। শেখর য়াম্না রানা, কমলাবু পুখিবা হুমিং অতুদগী ডক্টরশং য়ৌরক্লি। ওপরেসনগী মতম পুংখাই অমত্তা মঙাইরে, মতম অসিদা প্রিয় অমসুং সেখর রারি শারি। প্রিয়না পাউহং-লি "মরুপ কনানা থিল্লিবনো ওস্থোক্না শাথিনা শোক্লেদা।" শেখরগী ক্কিতম কংচিল্লকত্রে, য়াম্না রানা মতেক মতেক ওইবা রাহৈনা হায়রকই "মরুপ হায়দোকপদা ইকাইরবা রানি, লুহোংগদৌরবি হুপিজা অমবু ঐনা পামজরুবনা চিংলুরে। হুমিং অদুগী লোং ঙাল্লমদাইদা লমদম থাপ্লা চংলবা মতুংদা ঐনা তোংলিবা জিপ অদু চাকা নামা নাস্তোক্লে। ঐগা তোংমিন্নবা মরুপ অদুম্না শাথিনা শোক্তনা শং অসিদা লৈরি। ঐসু থরা শোক্লে। ইসঃ অরাবনি! মরুপ, হুপি মচা অদুদি ক'রিস্তু শোক্কে। মহাক্না হুরি অমা পুখোরক্তুনা রানা লৈরম্বা ঐহাকপু থুম থিল্লম্লে। অদুম্না হুরি অদু শত্তোক্তুনা চেংনা পাইরগা উমংগী মাইকৈদা চেল্লিনখ্রে, কনা

অমত্তনমু মহাকপু তাম্লহুনা কাবা ওমহৌত্রে। মরুপ, মুপিজা অহুগী মমিং..........অ:..........মাগী.......... ।" সেখর লৈমাই 'থক্তা ওন্থত্রে। প্রিয় ইওক ঙক্লা মরুপতুগী বিদাই লৌত্তুনা হলত্রে।

প্রিয়গী লুহোংবা লোইত্রে। অহিং অতু হৌখিবা থৌথোক নিংশিংহুনা রানা রানা অমসুং নৌনা লুহোংবগী ঈপাক্তা হরাউনা মতম লেনত্রে। লুহোংবা নোংচাম্বগী অয়ুক্তা কমলা য়াম্না রানা ময়ুমদা লাক্লে। অমসুং, শেখর হাংপগী মরিদা কমলাবু মথংগী মুমিংত্তা বিচার তৌরগনি। শেখরবু কমলানা হাংপনি তাবদা মীপুম থুদিং ওরুখি. অমসুং কমলাবু তাথিনা শোম্নরক্লে। প্রিয়নসু তমথিবা রাহৈ কয়া তাহুনা কমলাবু হঙোইবা পোক্লে, মাগী মরমদা কম্নিমত্তা তানিংখিদ্রে।

পূর্ণিমা মুমিংকী মুমিদাংনি। চাউরাক্লা ম[illegible]তু পুং ১২ দি তারগনি। মতম অসিদা, ওরাংতা লুহোং[illegible] কন্যাগা প্রিয় অচিকপা কাদা কম্থম্লহুনা অনৌবা পুন্সিগী রারি নোক্লা খেনা শান্নি। পুক্নিং মকা লাম্লি, হরাউরি। থংহৌদনা মুপিজা অমগী ইংলবা খোঞ্জেল অচিকপা মপানগী মাইকৈদগী তাই—"ডাক্টর বাবু!" প্রিয় ভুমিন লৈ। অমুকসু নৌনা তাই "ডাক্টর বাবু! থাবল কবা অহিং অসিদা ভুম্বিরব্রা?" প্রিয়না খুম্মী "অহিং অসিদা ডাক্টর কৌরিবা কনানো?" খোঞ্জেল "ঐনি ডাক্টর বাবু ভুম্বিব্রবদি মপান্দা অমুক্তা লেংথোকপিরকউ।" প্রিয় থোং হাংদোক্লুনা মপান্দা পোক্লক্লে। থাবলনা ফিভৌ কৌরি। অপাবা লৈচিল্লা খুংনকী মৈখুত্তম শাল্লি। মুমাং ময়াইদা ফিজোনা ফিরুক থুম্বী মুপিজা

অমা অঙৌবা লৈপরেং পাইদুনা লেপ্লিবা উই "কনানো অচিকপা অহিং অসিদা………।" মরক থহনা, মিরবা খোঞ্জেলদা হায়-রকই "প্রিয় ! জগোঈ শাবী কমলাবু পুন্সিগী কাউবিগে থল্লব্রা ? ঐ কমলানি।" "প্রিয় ওঃ নং ! কমল', মতম অহু হেনগ্রে, ঐ তৌফম থংগ্রে, ঐবু ওৎপিরগনু চৎলো ঐগী মাংদগী !" কমলা "চৎলো হায়বা ? নহাক্কী য়াথংনা পুক্নিং চংনা লেংজরব কুন্দ পরেং অরেম্ব তারগদবা ? প্রিয়, ঐসু পুম্নমক তাজরে, নং কনাগুম্বী অমবু লুহোংলে, তাইবংনা পাউথোক্লবী ঐহাকসে, জগোঈ শাবী ওইর-বসু লেংজরিবিনি, ঐদি নংবু সুংশিজবীনি, নংগী নিংবা থুংহল্ল-গনি। অদুবু নহাক্না হায়রম্বদাই, কাইনরমদাইগী মতমদা-পুর্নিমাগী অহিংদা………।" প্রিয় "ঐ পুম্নমক নিংশিংগ্রে ………চৎলো কমলা।" থুন খোং লোন্সিনগ্রে, কমলাতা অচিকপদা লেপহৌরে। কমলা চপ লেপ্লি, থিংবা ঙমদনা পি তারি। অচিকপ অহুদা ইমুংদগী খোঞ্জেল অমা কমলান তাই "মহাক ঐগা সুংশিনরম্বী, অহুবু—মহাক লোনম্বীনি, মী হাৎপিনি, ঐনা মাগীদমক্তা লৈরকপা "তাজ" থুগাইগ্রে জগোইশাবীন।" রাহৈশিংসি তাবদা কমলা লৈমাইথক্তা রাম্বহনা তুথখ্রে। * * *

অঙম্বা অয়ুক্নি। প্রিয় য়াহৌ ঙম্না হৌগত্তুনা, সুংত্তাইনা তুমজরিবী থম্মোই লাইরেম্বী হৌদোক্নি। মী কনা উজ্রিঙৈ অঙম্বা অয়ুক্কী নিংথিবা দৃশ্য য়েংলুসি হায়দুনা মথোয় অনি খোং হাদোক্তুনা থোক্লক্নে। খোং হেক হাংদোকপগা উরে "মাংগোল ময়াইদা অঙৌবা ইমকি অমা তাসিন্দূনা লৈরি। ইমকি অহুগী মচি থরদা

অঙাংবা মচু খরা তৈরি । প্রিয়না চংশিন্দুনা কিঙৌ অদু থাংগৎলে । মতম অদুদা উরে, ইমকি অদুগী মনুং থংবা শরুক্তা ঈ তৈ'রি । কাক্তোক্তুনা লৈবা চিঠি অমগী মথক্তা ঈ তৈরবা ছুরি অমনা য়ুংলি । প্রিয় তু চুংই, মাগী মনাক্তা লেপ্লিবী থম্মোই শাইরেম্বীগু খোঞ্জেল নিঙ্গা শোনখি "ছিস !" ছুরি অদু থাংগৎলে, মুমা য়েংই । খংহৌদনা প্রিয়গী মচিন্দগী তাই "ঐগী ছুরি" চিঠি অদু লৌখত্তুনা মখোল নিঙ্গা পাবা হৌরক্লে । মরোম্দি অসিনিঃ—

থুংশিনবা প্রিয় !

নহাক্কী লৈকোলদা রাশক ! নচনগী লৈকোলদা লোলোই ! তামো প্রিয় ! জগোঈ শাবী নচম্না তামোবু য়াহজবা পামজদে । ঐগী চম্নবা থম্মোইনা নংবু শেংনা থুংশিজে । তামোনা ঐহাকপু অনুম খিয়মগনি অমুক্তসু নিংজরুদে । করম্বা মতমগী থম্মোই ইহোংদা ?... থাজবিয়ু তামো ! নহাক্না হংগোইরবা নচনগী ঙক্লুবা য়াহৈঃ "ঐহাক জগোঈ শাবীনি, অদুবু লমচৎ কাইজদে, ঐহাক তামোগী ওইজরি, তামো ! খোইদোক্না হায়জরোই, মীহাৎপী নচনগী চিঠিতদি লোইনা পাবিয়ু । নহাকপু করম্না রানা ওাইজখিবা । নহাক্কী কোটোবু কুন্দ পরেংনা পুজা কৎলিঙৈ' ইমানা উখিহুনা থুনা লুহোংনবা য়াজেনগ য়ারোইনখ্রে । লুহোংবগী নোংমা য়াৎলি-ঙৈদা, মতম কুইনদগী ঐবু তাম্নরক্লিব। সেখরনা, অচিকপা অহিংদ তামোগী য়াখলনা, তামোন পিবিবা ছুরি পাইহুনা লৈকোলদা খোকপদা কাহুনা জিপ্ত হাপতুন অয়াপ্প লমদা পুবিরে । লমদম তায়া চৎলগা জপকী চাক নাম্ন্ত্রতুনা গুরুং চৎলে । শেখরবু

তামোগী ছুরিনা থিল্লম্লগা চেল্লে, কনানসু তাম্নরক্তে, ঐহাক মৌত্থু ওইদে। বানা চেঙ্গরকপনা ভরাং য়ুমদা থুংজরে। অদুবু মতম কুইনা হিংজবা পাপ কংগে হিংজবগুমদে। তামো লুহোংলগ্রে! তামো, ঐবু অত্তুক করিগী হন্দোইরি? নংনা হায়খিবদাই, কাইনরমদাইগী মতমদা "কমলা ঐনা ডাক্টর ওয়া থোক্লকদবা মতম শরদ ঋতুদনি, শরদকী মপুং ফারবা পুর্নিমা সুমিত্তা নংগা ঐগগী লুহোংবা সুমিং ওইগনি, সুংশিবী! সুমিং অদুদ নহাক্না নতোমতা লেংজবা কুন্দ পরেং ঐগী ওকশমদা হুকউকো!" অদুগীদমক্তা লেংজবা কুন্দ পরেং, ওসিদি তামোনা লৎনবীরে। তামো নহাক্ন লুহোংলিবী ইনাউ অদুগা মতম শাংনা লৈথো, তামোন থাজদ্রবী কমলদদি, নহাক্না পিখিবা ছুরিনা পুক্তি ঈপাক লাল্লগে, হয়েং অমুক্তী মপৌক্কদি নিংজবা থুংহন্বীয়ুকো। "নচনগী বিচার সুমিত্তা তামোনা ইছুং শিখিয়ু, হায়জরিবা পুম্নমক তশীয়ু। তামোগী লৈকোলদা, তামোগী কোটোদা হুকচরিবা কুন্দ পরেং অসিতদি লোথোকপিগল্লকো।" বিদাই — প্রিয়!

জগোঈশাবী কমলা

প্রিয় রাখল থন'ওমল্রে, মাগী লৈকোল তম্না চেনল্রে। লৈকোলদা, মাগী কোটোদা কুন্দ পরেং হুক্তুনা, কোটো অদুবু মখুং অনিনা চেংনা পাইদুনা কমলা, ভুমখুন তাল্লখা প্রিয়না উয়ে। লৈমাইথক্তা ঈনা পুমচোৎ চোংলি। মাইথোং অদো মকা লাপ্তি, চিয়ান মোমোম্নরি, ভাংতক্লবা চিয়ান মচৌশ'গুম প্রিয়দা চুপ্তিয়ু হায়রিবগুম কিজিনা থজিন্দন, লৈরি। প্রিয়না পাখংনা কমলাগী

মশা পাইদুনা য়েংই। খংলে, মশা কোং-কোং শারি, অদুবু মিচুন য়াউদ্রে। হৌজিক্তা শিবনি। "কমলা" হায়না কৌরম্লগা, প্রিয় কমলাগী মখোং ময়াদা তুথখ্রে।

## "চেক্লা অনি"

খুংশিবা হায়বা অসিদি, কাইদোংক্রম অরেপ্পা লৈতে। উপাল খুদিং তাঙা য়েংনা কাইদোংবী চেক্লাগুম্বনি, লাইরবা অনবা মহাক্না য়েংলুদে, মহাক্কি পম্বোক্ অদুতগী মথা পোনবনি।

*　　　　*　　　　*

নিরন লাইরবা পাথংনি। মহাক্কী মমল য়াম্ব পেংশক ১তা লৈরিবা মুম হিঙ্গোল অপিকপা অসি নত্তনা লৈতে। অদুবু লাইরবা নিরনগী মিৎনা উদবা অতাংবা লন্দি লৈতবা নত্তে। মীনুংশি থংবা নিংথিবা হোংদবা, খুংশিববু পুক্লগী চেৎনা নিংজবা অসিনচিংবসি মহাক্কী মীনা তম্নকম ওইনা লৈ। লাইরবা নিরন অপোকপম্ লৈজদ্রে অদুবু অথাং কনবী মমা অমা লৈবনা খোইদোক্না অরা য়াথল নিরন্দা হৌজিক মক্তি পোক্তুরি। মচন অমী ১তং লৈজে, মমিংদা সরযু কৌই। সরযু মরম ওকপী, লোশিং শিংবী ফুপিজানি। মহাক্কী মাইথোংদু অউববু গুম্লাংনবী, হৈশিংলবা চিত্রকার অমগী অশোইবা য়াউজবা মজরবা চিত্রগুম নিংথিজে

মচন মুপী অসিবু নিরনন। মুংশিজবা, লুনা তৌজবদি চাংদম ১ লৈত্তে। অদুগুম সরযুনস্থ মবুংবু নিংজৈ।

নিরন যৌবন মথোং কারিবা পাখংনি। লাইরৈ হায়ভুনাসু মীচং নাওদবী মুংশি' য়েনিংদি থম্মোইদ। চোংদবা নত্তে। মহাক লৈরিবা থুলদ। শকহেনবী মুপি'জা অমা লৈ। মাইকৈ ভরা শিনন লৈনম য়েম্বী কেতুকীগুম মুপিজা অসিগী নিংথিবা শক্তমগী বর্ণন মীপুম থুদিংনা তৌনরি। মৈচাক পুবা পাখং থম্মোই প্রভ.বু উবদা বসন্ত য়েনিং চোংই। অরাবা রাখল থাদে ভু্না প্রভাগী থম্মোইগা পুম্নবা হোংলৈ। অসিগুম্না ফজরবী প্রভা "মথোং থোংনা লাক্তুনা নিরনদা মাগী থরাই-হকচাং শিন্নরে" হায়বমক য়াই। নত্রগসু মুংশি কাইহৌবদি প্রভানি। প্রভানা হৌরবা গুইতুনসু নিরনন লাইথোক্কে, মহাক্কী থরাই হকচাংস্ত প্রভাগী ওইত্রে। অতিকপা অহিং থাবল করবা, হরাউ কুমৈ লিক্লোন, থাবল চোংবী, মথোয় অনিন ময়াম মরক্ত য়াউদে। লৈকোলদা, পুখ্রি মপাল অচিকপদা মবাম্নিগী তোঙাম্না কুমৈ—। অথংবু-াশংনা হায়নরি "মথোয় ২ অসিদি কনানগু থাইদে।ক্লবা-ভম্মোই, তশেংনা মুংশি' শাওগম্নি।" অওইবমক্কি মথোয় অনি য়াম্না চাম্নে। রাশক কয়া মুংশি পনথুং তমন থম্মোই ইরৈদা ঈরোইননা চেম্থত্রে। থংদবা কাংবুনা হায়নার "তৌরিবা অসিদি মংলাঙি, শকহেনবী, অমরোমদস্থ লম্না থোংনেৎনরিবী প্রভাবু লাইরবা চেগাহ শংবা নিরননা নিংজরীব স মিংকুপকী ওইন তোক্কনি।" অচুম্বমকসু প্রভাদি হৈনা কংবু মমা-মপাগী ১তা পে.কচকী মম্মোন্নি

মমাংগী খোৌদোক্নি, নিরন ১মুং প্রভাগী থুংশি মরু হুনখিবা ! বসন্তগী থুমিদাং রাইরম অমা, অপাবা লৈচিন্না চিংন্না খোইম শান্নরি। মতম অদুদা প্রভা চিগোংদৈগ নাচোম অমা নাদা চিন্ন-হুবা পুখ্রি অচৌবা মাইকৈ শুন্না স্নাবুন ১গা লোইননা ঈশিং খোকপা মতোমতা চৎলি। প্রভাগী মায়োক্তা সহরগী পাখং অমা সাইকল খৌহুনা লাক্লি। পাখং অসি নিপা অমা ওইবগী কজব হায়ব অদু করি অমত্তা রাত্তে। মহাক্কী শক্তম অউবা থুপীজাশিংগী মিত্তানফন্নি। অদুম ওইদুনস্থ থুপীজাশিংনা মহাকপু কিনৈ, হুন্জোইনৈ। অমুক লোৎলরোই, পাখং অসিগী মমিংনা বিনয় কোৗই। লমচৎ কজদবগী মদুং চল্লে; তোইনা খৎনগদ্বা, থুপীজা কয়াবু উন্নিবা মথৈ মখোই থিংহন্না লংনবা, ওক্তবা সঙ্গ তৌবা অলিমক্লা থুপীজাশিংনা কি তুক্কচনৈ। অমনা. মাইখোং নিংখিবী থুপীজাশিংবু চিংগনি হায়দুনা কিহল্লি। তশেংনস্থ মহাক্না থুপিজা কয়া চিংলুরে, লুহোংলুরে। অদুবু কনাগুম্বী অমত্তনা মাগা মতম্ কুইনা লোইনদে—থরনা খাইনদুনা চৎখি, থরনা শিখিবনি। বিনয় মমা মপাগী অমত্তা পোকচবা মচানি। ক্লাস টেন্দা কয়ারক হুন্না ফেল ওইরবা ? তশেংবদি খংদ্রে অদুবু মাগা তম্মিন্নরকপ-শিংদি বি, এ, এম এ পাস তৌনখ্রে।

কজবী মাইখোং মোমোন্ তৌনা, প্রভা ঈশৈ মতেক্ অমস্থ শুংজে। বিনয়স্থ মনাক্ য়োৗরক্লে। নোক্কেৎ তৌনা সাইকল থাম্মী, "হইচল ! নহাক্কী চিগোংদৈ নাচোম্সি কজব্রেদা, অমুকস্থ, ইস, নংগী মাইখোং ! হইচন্বু ঈশিং শোক্উগেন্না ?" প্রভাস্থ মোমোন্ নোকই

"উম্।" বিনয় "ঙাইহাক্তা লেপ্লিখো, রা অমত্তা হংজগে।" প্রভাম্ব লেপ্লি "করি রা ওইবিরবনো?" ইচং খৌনা হংই। বিনয় "শাউ-গম্বকো ইবেম্মা, নংগুম করবসি অতেপ্পা ১ লৈরম্মরোই নিংই, লৈরাং নাচোমশু নখুৎমক চিন্দ্বীরম্লে, ঙাইজরমগে সদ'গুম, মুমশ্ব খংজগে, ঈশিংশু খোরাংলে খজিক্তা থকচগে।" ব্রাঙাং মতৌদ প্রভা শাউনিংলুরমাল্লে "ঐগী লম্বী থাদোকউ, নশকুশু থংদব তমখিবনি হায়নৈ।" বিনয় "মীন হায়নজরবশু নহাক্তদি খল্লুশু মুংশিজখ্রে ঐনা।" [প্রভাগী মনাক্তা চংশিল্লি] প্রভা ইসঃ চংখোকৃউসে খেংলে। থৈদোক্তুনা চংকে তৌই। বিনয়না সাইকল ইল্লিন্দুনা লম্বী খিংলে, নোক্তুনা "লাইবক ফবী হৌজিকমক চৎলসি মহারাণীগুম মুংঙাইনা ঐগ পুন্সি কেন্নুরসে।" প্রভা "হুমঃ নং! মংগী ফজান শাবরা হায়'বু মোংফমগী ফুরা ওইজনি।" থৈদোক্তুনা চংলি। বিনয়না খুদাং ফারে "শকুহেন্বী, ঐসে কুবেরগুম লন লৈবনি খংউ, চংলিসে হেক্ত সাইকলসিদা তোংহনা" প্রভানা মখুৎ কয়ে'ক্লগা অশাউবা খোজেলদা হায়রকই "হে শাঃ থাদোকউ থুংসি, নংনা লন্ পাম্বগুম ঐসু পায়মগনি হন্ন্রা? লৈজরিবা অদুনা পেল্লেগা ইশাগী খুমাদা তুজরগা অপ স্বা পৈশা পেকচরলাউ" বিনয় "ইবেম্ম, শাউরাম্বাল্লে, তুঃ ঐগী মরুপ্নি লাক্লিবা ময়ামসি।" (খুং থিল্লি) পাখং ওা/ক্ত সাইকল থৌরক্লি। "সে কাখংলো চংসি।" খুদাং পাইহনা চিং-শিল্লি। লাক্লিবা পাখং ময়ামহুদগী ১না হায়রকই "বন্ধু! অদুবু অমুক চিংবা তারব্রা?" বিনয় "বন্ধু! নিংথিবী হায়বসি কজি পাখংনা পাম্বা ঙাকনি, ঙসি নত্রবদি অচাবা মতম ফংদবা য়াই।" প্রভা

মশা নিক্লে, অকিবা পোক্লে, মথুং নাম্থোক্লবা হোৎনবস্তু ওমক্লে, বিনয়না চেৎনা পাইখ্রে। পিরোইনবা খোক্লেলনা তন্নিক তন্নিক লাউরকই "ঐবু কম্বিয়্ ঐবু কনবিয়ু" নিরনস্তু শিং কোক্খোং অমা পুরক্লুনা মকম অচু য়োরক্লে। প্রভাবু পাখং ময়াম্ন কোই-শিল্লগা কপ্পা লাউরকপা অরবদা শিং কে.কখোং থ দহনা শিংলক্লগী খাংজৌ শৎলগা মীয়াম তম্না চেনসিনখ্রে। বিনয়গী মী য়াম্মী অহুব নিরনগী খাংগী মমাংদা চেৎ নত্তুন গতি লৈখিদ্রে; প্রুমক্ চেনখ্রে? প্রভা হিক হিক চিংথৎনা কপলহুনা নিরনগী মনাক্তা চেক্লিল্লক্লে। নিরনদা কোক্লিন্দুনা "তাদা নংনা ঐবু কম্বিরে, নহাক লাক্লমজবদি—।" মরক থৎনা নিরন "কপকস্তু প্রভা! তমথিবা পাথংশিং অসিগা মিৎকুপ অমত্তা লেপমিন্নগদ্রু, নংবু খুদাং পাইবদ্রু থংব্রে? বিনয কৌবনি।" প্রভা "উম, থংই" নিরন "ইহে কপ্পগদ্র সে, মীনগ উরগা কক্লদে কোন্নগদ্রসে।" প্রভানা নিরন থাদোকই, মপি তৈথোক্লুনা নিরনবু য়েংই "তাদা ঐরা অমা হায়গে নং ঐনা পিবা পোৎ লৌগদ্রা?" নিরন "করি পোৎনোনে?" প্রভা "খুদোপসে, সেতাদা কোন্না অমুক য়াম্না পিরকথিনি।" খুদোপ নিরনদা পি, পাইদুনা মুম্না য়েংলগা নোকক্লেং তৌনা "করিগীনো প্রভা সে, ঐনংগী খুদোপকা পামজদে।" প্রভা "ইঃ লো হায়বা, তাদানা ঐবুদি খুদোংথিবদগী কম্বিরে, মতিক চাদে হায়বগী তৌরিবরা? হৌজিক্তি করিস্তু য় ওদে হায়বা, হয়েং পুরগা লাক্লে।" নিরন "নত্তে প্রভা ঐ লৌনিংদে, অসিবু লৌরগা ঐগী করি কান্নগনি? সে লৌসিনলুসে।" প্রভা "হুম নং নবুক থত্তে হায়না, ঐ খুদোপতু লৌরোই।" ম্নাবুন লৌথক্লুনা

থৈদোঙ্গুনা চৎলি। নিরন "প্রভা, নং ইচনগী মতানি ঐ'সিবু নংগী নবুং নত্রানে ? মচনগী মতেং মবুংনা পাংববু অমুক লমন শিংগত্রা ? খুদোপ লৌসিন্নু, সি হেক লৌত্রবদি সরযুগা তিন্নহন্নোই ঐনসু নংবু কৌররোই।" প্রভা চপ লেপ্পি, তপ্না চংশিন্নকুনা নিরনবু মিৎ কুপ্তুনা ঙাইহাক য়েংই, অমুক মখাই লুকথগ্রগা তপ্না হায়রক্কই "তাদ !" মখা তাদে। নিরন "করিনো ? সে লৌরোনে খুদোপসে।" প্রভা "ঐ ব্রা অমা হায়গে, খুদোপতু অদুম পাইখো, তাদা নং অসিদি য়াগত্রা ?" নিরন "য়াগনি, থুনা হায়রো হুমিৎ তাদৌরেনে।" প্রভা অমুক মাই হক্লৎতুনা ইংলবা মিৎস্নানা নিরনগী মাইথোংদা য়েংলম্লগা লুকথখি "তাদা, খুদোপতু অরামন নত্তে ! ... ঐনা নিংজবগী খুদোলনি. লৌশিঙ্গীরো অদুম।" নিরন "খুদোল ! করি !" প্রভা "য়াবিত্রবসু ঐনদি মিংজক্কই, নচনগুম অদুম খঙিয়ু লাপথোকপিগনু ; তাদাবু মুংশিজে।" নিরন "চঃ কর্য়া ?" প্রভা মাইথোং ঙাংলপ তোই, তপ্না নিরনবু য়েংখৎলক, নিরনসু নোক.কৎ তৌনা য়েংলম্মা, আনমক মিৎচানৈ। প্রভ "অদা ঐবু মুংশিবিয়ু খরাই হকচাং কচ্চরে, মুংশিবিত্রবসু ননাইগুম খঙ্গীয়ু।" নিরন "নত্তে প্রভা. (ঙাইহাক রাথল খল্লগা) নহাক্কবু তসেংনা মুংশিরবদি ঐহাকসু নতেং পাংগনি, মিৎকুপ ১তসু কাউথোক্রোই।" নৌকমী মোকনী তোঙ্খনা প্রভা নিরনবু য়েংলম্লগা "ঙাইথো চৎমিন্নসি" হায়রহনা স্নাবুন পুহনা ঈশিং শোকপা চেনখ্রে। প্রভানা হন্নকপদসু নিরন লেংদনা লৈরাম্ম। "প্রভ. চৎলসি।" নিরন "ইস ঐখু নথোঙ্বদা চৎলগত্রা ? ঐনা সোমদা নংনা অদোমদা লম্বীসু তিন্নদনা।" প্রভা

মুংঙাইমনবিদুনা রাখল চোইরুরে। "ওঃ ঐবু কাউবিগদুকো" হায়রম্লগা চৎখ্রে। নিরনস্থ অনৌবা আশা ১গা লোইননা শিং কোকথোং থাংগত্তুনা ময়ুম তম্না চৎখ্রে। মুমিং অসিদগী মখোয় অনিগী থস্মেইদা মুংশিনবগী কোকলোইদবা ময়েক্লা য়েকপা হৌখ্রে।

নিরন ১স্থং প্রভা মুংশি চাং হেনগৎলক্লে। অময়োমদস্থ প্রভাবু য়েংসিন্বা পাথংগী মশিং রামথৎলক্লে। অদুবু প্রভানা মখোয় ১তবু মিংচিনকাউ য়েংলুদে। চাবা থকপা তুম্বদা মহাক্না শোল্লি "নিরন"।

অরাবনি, মুংশিনবগী ঈপাক্তা অকম্বা নোংলৈ মুংশিং থেংন-রে। নোংম নোংমগী লৈত লাইর'গী চাংনা হেক্তিল্লকপনা নিরন মীরৈবাক্তা শেল তান্বা চৎপা তারে। নিরনস্থ চৎকে লেপ্লে। মাগী মুংশিজরবা থাজরবা মরুপ কুমারদা মচন সরয়ু ১স্থং মমাবু শিন্নরে। অচিকপা অহিং অমদা প্রভাগা লৈকোলদা রারি শাই। রাশক কয়া শকনৈ। নিরননা অরোইবা ওইনা হায়রম্মী "প্রভা করিগুম্বা নোংদম্বনা তাইওম্লতুনা নংনা কনাগুম্বা অমগা ঐনা মী-রৈবাক্তা লৈরিঙৈদা লুহোংবা তারবদি নংগী লুহোংবাগী পাউ ঐত্তোন্দা তাহন্বীরকউকো।" প্রভানা খুম্মী "শোইদনা খংহল্লগনি, করিগুম্বা ঐগী পাউ তারগা লুহোংঙ্ত্রিঙৈদা লাকপিজরবদি ঐবু হাৎপা পাপ পু, অদুগা ইবানিগী মোংফমদি ঈশ্বরনা পুম্বিসস্থ লফু বনগী মোংফমদা।" বিদাই তৌনরে। মতম থরগী মতুংদা নিরন মরৈবাক থাদোক্লে।

নিরনগী মরুপ মপাং, মমা মচন ১দি প্রভানা পাউ অমা তারে "নিরন অতোপ্পা থবক তৌত্রে, মমা লৈবাক্কী সেবা তৌনবা, 'টেরিটোরিয়েল আর্মী'দা মিং চন্দুনা সিললংদা লৈরে।"

থা খুদিংগী কুমারদা চিঠি তোইনা নিরননা থারকই, প্রভাদস্ত খংহল্লকই, মমা অমস্তুং মচক্কস্তু থা খুদিংগী পৈশা থারকই।

* * *

অঙকপ খোঁদোক্লি! নিরননা সিকাই থনথিবদগী মমুমদা অমুক্তস্ত লাক্লে, অদুগা চহি অহুম শুরকপগী মতমদা মাগী চিঠি কুমার ১দি প্রভানা ফংথিত্রে। মমা মচন্দা পৈশা থারকথিত্রে। সোয়দগী চিঠি থাথিবস্তু মরোল অমত্তা হল্লকত্রে। নিরনবু নায়েকপা য়াউরব্রা নত্রগা করি ক্ষিভমদা লৈরবগে। অরাবা অমনা প্রভা সহরগী ইনাক খুম্বা মচা বিনয় কোৌবা বি, এ, অমদা লুহোংনব খোৌরাং তৌরে। প্রভানা কপ্পা কপ্পা পুক্লিং চংনা চিঠি ইত্তুনা নিরনদা থাখি। অদুবু নিরননা তশেংনা ফংদবনরা চিঠি মরোন অমত্তা ফংদে।

মাইকৈ অনিথক্কী পাউ অমত্তা তানদবা থা তরুকলোম ফারে। অঙকপা নোংদমনি; কপ্পা কপ্পা প্রভা বিনয়গা লুহোংখ্রে। মী খরনা তাংনৈ "নিরন থাসিয়া নিঙোন অমা লৌত্তুনা লৈখ্রে" খরনা হায়রনৈ "চিনা লান্দা শিত্রে।" নিরনগী পাউ তাথিদবা মক্তি চিনানা ভারত্তা লান্দারকপা মতমদনি। নিরননা ইরকপা চিঠি অমদস্ত হায়খি "ঐহাক সিমানাগী রাখোক্তা লান্দারক্লিবা চিনা লাম্ছোং-নবা চৎপা তারে।"

প্রভাগী লুহোংথিবা থা ১রোম কায়ক্লে। মহাক্কী পুকচেল ওক্লে। মমাংদৈদা তমথিবনি থন্না য়াথোকথিবা বিনয়বু পোম্নবা মাগী মাইথোং মকা লাক্লে, তবায়বা চিঘান মোমোন মোমোনম্নু নোক্লে। বিনয়না মতম কুইনদগী সিলংগী নিংথিবা য়েংগে থক্লি। তাঙ্গা অমা চারে, জুলাই থা অসি মনিপুরদা মুংলা শারবম্নু সিলংদদি লৈবা মুংঙাই হায়। নোংমা লুহোংলিবী প্রভাগা লোইনবা সিলংদা চৎখ্রে।

* * *

অমুক্কী পুং ৮ লোম ভাবা মতমদা গৌহাটি ষ্টেসনদা রেলগাড়ী অমা থামলি। সেকেন্দ ক্লাসকী ডবা ১দা মিলিতরি অফিসার অমা অকুবা য়াথল থল্লিবগুম তুমিন কমহুনা লৈরি। মহাক্কী ওইথংবা খুৎ অহু খুজেংদা তংলে, মকি মরোনম্নু মৈখু চুই, মমাইদম্নু মুনা থামলি। মহাক্কী মশম কুইনা ক্লুকুবনা য়াম্না শাংলে, অমম্নুং মতম কুইনা হাৎপিদবগুম ইকা ক্কারে। থদাংগী কোইনা শুকশম থুমলে। মতম কুইনগী মমাংদা শকথংনথিবা নত্রগা মতম কুইনা তোংনা তিম্নমা লৈমিম্নরগা ওইরবম্নু শমদা কোইদা অসিনা মতম থন্না কাইনকুরব মতুংদা উরবদি নিপ অসিবু খংলরোই। মাইথোংদা মুম্না য়েংশিল্লবদি কজবা শক্তম উবা কংগনি। শাবাম চুং ফিরান চানা নিংথিরি। য়াথল থল্ল থল্লগা মতোমতা হরাউনা নোকই, অমুকম্নু অরাবা য়াথল থম্নুনা মাইথোং মকশিল্লি। মহাক্কা লৈরিবা কাদা বিনয় অমম্নুং প্রভাগ নোক্কা নোক্কা চংলক্লে। সিট অমমমদা কম্মিম্নরগা য়ারি শান্নি। মখক্কী

মগী কিজেং-লৈতেং বিনয়না লৈবিবা প্রভানা অমমম পুখোক্লনা য়েংলি। পুক্লিং মকা লায়া নোকচরি। মখোয় অনিনা মিলিত্রি অসগী রাখল খরীদে। মিলিত্রি অসিসু মখোয়বু খওইদে, অদুমক রাখল খন্দুনা লুকথনা লৈরি। বিনয়না হৌখিবা থৌদোক কয়া নিংশিংলক্লে, নিংশিংবা কয়া প্রভাদা তম্লি। মবাম্লিনা ভাংনবা রাইহ তারগা মিলিত্রি অসিনা অমুকথক্তি মখোয় অনিবু মাই থাং-গৎতুনা মুমা য়েংলম্মী, অমুক লুকথতুনা চিন্তা তৌনা লৈখি। বিনয়না হায়খি "প্রভা ঐ ওসিদি মতম কুইনা থোকপ্রবা থৌথোক অমা নিংশিংলক্লে। প্রভ "ইঃ করি থৌদোক্লিনা?" বিনয় "ঐসি য়ায়া ভাউসিয়রম্মী, মংনা তাথিরম্মী, লাইবক কবদগী ঐ শিহোদবা অতুসু নিংশিংলি।" প্রভা "হায়রো লেপত্রবসু" বিনয় "ঐনা মেত্রিক তম্লিরৈদা নংবু চিংগে তৌখিদনা, নিরননা থাংজো পাইহুনা য়ানগে তৌখিবদো...... ইসঃ নিয়নতু নংবু য়ায়া নিংজরবনি, হৌজিক্তী অমুক্তা উখিত্রে, কদাইদা চংগ্রে।" প্রভা থিংওমদনা পি তারক্লে, হিক হিক চিংখৎনা কপ্লক্লে "বিনয়, নিরনবু অমুক নিংশিংবিরক্তসু, নৌনা মৈচাক পোকহনগসু" রা অসি হায়রগা মিলিত্রিদা মুমা য়েংই, য়েংহুনা লৈরম্বা মিলিত্রিগ, মিৎচানৈ। অনিমক তপ্প তপ্প লুকথনখি। বিনয় "প্রভা নহাক কপ্লব্রা? কপ্লগসু সে ঐ অমুক নংজোন্দা নিরনগী রা পল্লরোই।" প্রভা কপ্পা তোক্কে। মিলিত্রি অসিবু মুমা য়েংহুনা লেপ্তুনা অদুমক কপ্লি।

অহিংগী মতম্লি, বিনয় অমসুং প্রভ সুংওাইনা তুমগ্রে। মিলিত্রি অসিদি তুমদ্রে, লোংনা হিপতুনা রাখল কয়া খল্লি। মমিত্তা শিনা

খিংঙমদনা চেম্থরি। হৌগংতুনা কম্লে। প্রভাবু মুন্না য়েই। কপ্পা কপ্পা চিঠি অমা ইরে। তরং হাংদোক্কুনা অপিকপা উপু অমা লৌথে ক্লে। য়েংকী উপু মচানি, হাংদোক্কুনা মস্থুংদা য়াউবা ম্নাগী লিক, থুজি মুন্ন য়েংই। অপিকপা’ ম্নুপীগী কোটো অমন্থ উপু অহুদা য়াউই। মত্থুবুস্ত তপ্প থাংগত্তুনা য়েংই। সেগাইগে ত্তৌই অত্থুবু ঙমদে। উপু অত্থুদা অহুম হাপচিল্লে। ইখিবা চিঠিস্থ হাপচিল্লে, পিথ্রাইগী সে। অমনা লোক্সিখ্রে উপু অহুগী মথক্তা অশংবা লাইলোনগী কত্থুপ অমনা হম্না হন্না য়েংশিল্লে। থংহোদনা মাগী মচিন্দগী হিপ্পা হিপ্প হায়দোকখিরম্মী “প্রভ —ঐগী প্রভা!” মিংকুপ অত্থুদা থুংঙাইনা তুম্লিবী প্রভা “নিরন নিরন” অস্থুম্না কৌহুনা লোংনা হৌগংলক্লে। মিলিত্রি অসি তুমিন নৈ। তুম্বা কাইহুনা বিনয় হৌগংলক্লে “প্রভা! করিনো নংনা হায়রিবদে? করি ত্তৌরব-গে?” কপ্পা কপ্পা প্রভানা হায়রকই “নিরননা ঐবু হৌজিক্কা কৌখি, হৌজিক ঐনা উরম্মী, অত্থুবু মহাক মাংখ্রে।” বিনয় “নত্তে প্রভা, নংগী মংনি। মীনা হায়নৈ নিরন শিখ্রে।” “নিরন শিখ্রে’ হায়বা তাবদা মিলিত্রি অসি তু চুংই, মিং কুপ্তুনা মখোয় অনিবু য়েংই, ময়া ক্রক ক্রক চিকই, থংহোদনা অনৌবা পি শিন্থরকই। প্রভা “নিরন শিখ্রে! ছুংঃ নিরন! নত্তে নংনা লৌনম তৌবনি। কংত্রবা ইমা পাবুং নং..........।” মথেন থোক্না কপ্লি।

থুমিং য়ুংবা মতম্নি। বিনয়গা প্রভাগা থংনরে। মখোয় অনি লাপ্পা কম্বরি। প্রভা কপ্লি। দিমাপুর ষ্টেসন্দা রেল থামলে। বিনয় থুনা মপাল থোকল্লে। থোক্নমদাইদা তপ্পা হায়রম্মী “অহুম

ঙাইহাক লৈরমখে', য়ুম কাউবা পুবিগনি। য়ুম হেক য়োৎবগী নংগা ঐগা কাইনরে।" প্রভা করিস্থু থুমদে।

বিনয়না থোকখ্রবদা মিলিত্রি অতুন প্রভাদা হায়রকই "ইচন!" প্রভান তপনা য়েংথংলি। পাথং অমনা ইচন হায়না কৌবসি চহি অহুমগী মতুংদা ঙসিতা প্রভানা মতাই, ঙক্লা হায়রম্মী "তাদা, নহাক মৈতৈরা? ঐদি অতৈ জাতিগুম থল্লুই, করি হায়বগে?" মিলিত্রি "ইচন, মাম্মি ঐ মৈতৈনি। ঐগীস্থু মুংশিজরবী, নংগুম শকহেনবী অমা লৈরম্মী, অদুবু মহাক শিখ্রে হায়বা ঐনা তারে। অদুনা ঐগাক মতম কুইন চিন্তা তৌরক্লি—ইবুং রা অমা হায়গে নহাক য়াগত্রা?" প্রভা "য়াগনি তাদা ঐগীস্থু মুংশিজরবা পাথং অমা লৈরম্মী, মমিং নিরন কৌই, শিখ্রে। মমাহস্থু শিখ্রে, মচন অহুদি সরযু কৌই, মমা লৈরিবৈদা কুমার কৌবা নিরনগী মরূপ অমদা লুহোংবিরম্মী।" মিলিত্রি অাসে মোমোম নোকই অমুকস্থ কপখি "ইচন, ঐনা লৈরকপা মুংশি থুদোল নিংজবা মাঙোন্দা য়োঙম্নরোই, ঐনা মাবু সগীগী লখীদা থিরুনি! সে, ইবুংগী নিংজরকপা আশা কাইরবা থুদোলশি নংঙোন্দা পিরমগে। নংনা লৌত্রবদি ইবুং নিংবা কাইরগনি, ইচন অমস্থ মাংখ্রে, ঐনা থিবা ফংলরোই, লৌকো হৱাউনা। সে, লংনগনু, হজোইগনু।" প্রভাগী মথুত্তা থম্মা "অহুগ ইচন সে, সো অসিস্থ লৌ। হংচিৎ পুর্নিমা মুমিৎনি, মুমিৎ অহুদা হাংদোক্লুনা কনা উহন্দনা মহুংগী লৈঙেং য়েংউ, ইবুংনা হায়বা য়াউকো! ইবুংদি অসিরাইদা কুমহোরগে! কাইনং-রসিকো ইচন!" কপনা কপনা তরং পুহনা প্রভাবু অমুক্তং

য়েংলম্নগা থুনা চৎখ্রে। প্রভানা করিস্সু হায়বা নংহৌজ্রে। মিলিত্রি অহুনী খুদোল পোত্তু অমুক্তং য়েংলগা হায়বা ইনগে মত'গুম বিনয়না লৈখিবা ফিনা য়োমসিনখ্রে, কনানস্সু খংলরোই।

পূর্ণিমা হুমিৎকা হুংথিনদি। প্রভা কমল্লং বিনয় য়ুথ য়ৌরে; প্রভানা করি অকাইবা হায়রুরবনো—বিনয়না পংচৈ তৈবিরম্নগা “ঙসি হুমিদাং মাগী য়ুমদা লৈরমগনু” হায়রম্নগা চৎখ্রে। প্রভাদি করিস্সু ভাদবগুম হুমিন লৈ। মিলিত্রি অহুনা পিরম্বা উপু মচাহু কনাস্সু লৈত্রবা কা ১দা চংহুনা শো হাংদোক্লে। উপু অহু হেক হাংদোকপগা ফোটো অমা উরে, থাংগত্তুনা য়ুম্না য়েংই, মহাক-মক্কী ইনথংলকপা যৌবন মতমগী ফোটোনি। ইঙক ঙকই, তু চুংই, পি মরিক অমা অনি ফোটো মথক্তা তাখ্রে। উপু অহুদা অমুক য়েংই, স্নাগী লৈতেং কয়া মরোন মরোন লৈ। মিলিত্রি অহুনা ইরম্বা চিঠিদু উরে। চিঠি অদু নিংথিন থুপচিল্লি। মল্লুংদা করিগুম্বা অমা য়াউবগুম ময়াই পোংথোকই। প্রভানা মথুং নিক্লা ফাক্তোকই, অশংবা তক্ষা থিম্বা স্নাগী খুদেংপ অমা য়াউই। থাংগত্তুনা য়েংই। ইংনা তপনা শোল্লি “নরন...নহাক হৌজিকস্সু ......অপংবী নহাক্তুসু মাবু থাদোক্লবা!” খুদোপ “শিজিন্নি ঐগী খুদোল হল্লবা...ইস কারগী মাবু খংত্রিবা......... ?” চিঠি ফাক্তো-ক্তুনা পাই।

হুংশিরবী প্রভা!

ঐবু রারোগনু, নংগী মুংশি খুদোল স্নগী খুদোপসি হল্লবনি। মতম কুইনা লোইনবক্লবা মহাক্কী ফোটো ঐন লোইনবগী কান্নজ্রে,

পিরবনি, লৌশিল্লোকো। নহাক্না নংগী লুহোংবগী মতম তাক্লকনি হায়খিবদাই ? ··করে, ঐ ওসিদি হকথেংননা তারে। ঐহাক শিখ্রে হায়না নংনা তাই ...। প্রভা, অসিমত্তংদি শিন্নরমগে ঐগী ইচন সরযুদো কুমারদা লুহোংবিয়ু। ঐদি রাশক ওাক্তুনা লফু বনগী মোংফমদা ... বিদাই! কাইনরসিকো প্রভা!

নহাক্কী :—

শকথংবিত্রবা নিরঞ্জন।

*　　　　*　　　　*

নোংচুপ খংবা মাইকৈদা পনগুম লফুনা কুংনা হৌরবা নোং-পোক্তুনা স্নাখোংনাং পাম্বী অমা, মথা থংবা মাইকৈদা তুরেল, অরাংলোমদা লম্বী লৈবা অহাংবা লমপাকনি। মথৌ লোইরবা মীশিংবু নাউকোল্লিবা মোংফমনি। ওসিসু পোৎলোইবগী মৈথু কারি। মুপিমচা অমা কপ্পা কপ্পা রাস্থতুনা তুখ্রে। পাখং ১মু মচি অমদা কপ্লি। প্রভা লফু অমদা তুমিন কোল্লতুনা পোৎ-লোইবা য়েংলি, মমিত্তা পিরাং অম্নম য়েংলকপদগী থংলে রাস্থরিবী মুপিমচাসি সরযুনি, থম্মোই শোক্লা কপ্লিবা পাখং অসিনা কুমারনি। মুরুম মুরুম শোল্লহুনা প্রভা লেপ্লি। মাবু কনানমু উদে। পোৎ-লোইবা লোইখ্রে। মী পুন্নমক অমমমদা হম্নখ্রে। মোংফম চিক্লক্লে। রাস্থরম্বী সরযু লৌশিং তারকলে, কুমারনা কোন্দুনা পুখ্রে। মী কনা লৈত্রবা মতম অতুদা প্রভা মোংফম তম্না চেন্সিনখ্রে। মথোন নিক্লা হায়রকই "নিরন! ঐবু অতুক তাথিরি? ঐমু লংঙোন্দা হান্না তাকখিনে, নংনা লাকপিত্রগা! সে খুদোপসে অমুক লোরো...

য়াম্রবা ? অদুদি ঐবু কদাইদা হু.ন্দাক্লমগেগে ? ওঃ পুম্নমক মং- আন ! কাইরেদে। আশা ! নত্তে, ঐসু লাক্কনি, ঐহাক লাম্রে মোং- ক্কমদগি ঐবু লংনবীগনু " ফিজিদগী ছু'রি জোঁবোক্তুনা থম্মোইগু'দা খিনগ্রে, মোংকমথক্তা তুথগ্রে। মিংকুপ ১গী মমু'দা মোংকম প্রভাগী ঊনা মচু শংগ্রে।

* * *

ঝুম্মিদাং য়াইরম মোংকম অদুদা চেক্লা অনিথক মচিঞ্জাক খিরম্মী। সংস্কারগী থোইদিং মরু অমত্তং কংদুনা য়েন্নদুনা চামিন্নখি। ঝু'মদাং পুর্ণিমা থোক্লক্লবদা চাক্তারগী চেকলা অ'নিদো থাজ মাইকৈ ওন্দুনা অহাংবা মালংদা পাইমিন্নখ্রে।

# "নিপা থোকপা"

"নহাক্কী খোংয়া উফুলনি" পুন্য বতীন হায়খি।

তুক্কম কাদনি, লুহোংব মুমিংক্কী ; অচিকপ অহিংদ। জয় প্রকাশন মনাক্তা কম্নি, হোগংকে য়াদবদগী পুন্যবতীন ভৈরাগী মোক্লব মোনপাক্ 'থক্ত উপন্ন হিপ্লি।

"পুন্য, নহাক্কী যৌবনগী য়াথোক্ ঐহাকপু অযুক্ত নচিন্মক ভাহন্নব"—জয়ন হায়খি। "ওহ ! অৱাবনি, কন্নাদি ইনগঙ্গুগে

অদুবু অপংবী ঐহাক্ত হায়জগদব ইকাইজৈ ..।" ইকাইবা ? ঐ-ভোন্দবু করিগী পুন্য ? ইকাইবন মীওইশবু মাং তাকহল্লি খল্লু, হোয়—কত্তব, অরাম্ব থবক্তদি ইকাইয়ু।"

জয় প্রকাশন পুন্য বতীবু মৌনি থংন লুহোংখি। পুন্য বতীবু তুকচ্চন থম্নব মী অত্তাংব নত্তে. মথোয়ন জয়প্রকাশপু হম্বন ংখি। মুংশিরব পাঠক! মৌদি মৌনি, ময়াম্ন হেন্ন থংনবীরি। অদুবু ঐথোয়গী পুন্যবতীসে লুগো'লদুনা মৌ ওইখিদে—তমখিরবা নিপা। অমগী লোনম্ লাংদ থুরুদুন অপাম মুংশিগী মুক্তমদ পুকচেন্ শেংন ওইরুবতনি, অদুবু মৌনি। মপুরোইব শিখিব নত্তন মরাইবক খিরবী লুখ্রাবীনি; হিংলবস্ত নিপা অদো, হিংন হিংন শিরবা মীরেম্নি।

জয়প্রকাশক লুহোংখ্রিডৈ নোংমগী রানি--'পুন্যবতী হোয়গী মুম-লোম্নবদা ক্লাস টেনগী ফাইনেল য়াওগদবী মুপীমচা অমবু জয়-প্রকাশন ইংলিস পার্ট অদুম প্রাইভেট তম্বীরম্মী। হায়েন হায়জ-হৌজ্রে 'জয়প্রকাশ এম. এ ফার্ষ্ট ক্লাস পাওর্নসনি। মুংথিনগী পুং মরিদগী মঙা ফাউবতং তম্বীবনি, অদুবু হায়'শাবা রানি মত্তাংনা-য়াত্রবদি করিস্ত চিংনদন পুং তরুকস্ত মরোই। শমন হায়রবদ জয়প্রকাশ মথৌ মশক্ থংব নিপানি। মহাক্ত তম্বীব ছাত্র ছাত্রীবু পাস ওইহন্দব মাগী হৈনবী নত্তে। মহাক্ত হেক লাকপ থুদিংদ লাইব্রিক অম পাইরদুন পুন্যবতী মাংগোন মচিন্দ লেপতুন মাবু য়েংলম্ব ত্তোইন থেংনৈ। জয়প্রকাশস্ত মান লাকপ ত্তুম্নিং থুদিংগী মাংগোন মচি অদুদ পুন্যবতীবু নৈত্রা য়েংই। উব ফংব হুমিত্ত অদুম চুম্ন 'ইভীংরুম'দ চংখি, মপুক্লিং হুংত্তাইন উই। মাংগোন মচি

অদুন ঈহাং হাংলম্লবদি 'কদাইদ লৈরে' কোইথি থিদুনা মিৎ অনি অদো মথো চিরৈ, উব ফংদ্রবদা ইচুং মুংঙাইজবগুম 'ষ্টডী রুম'দ। অমুক অনিরক পুন্যবতী জয়প্রকাশকী মনাক নকশিল্লিংবগুম উথি। হাথু হাথু করিগুম্ব থর হায়নিংবগুম পুন্যবতী জয়প্রকাশকী মাইকৈ তম্ন চংসিললুই। অদুবু মনাক নক্লবদ হায়কেং য়েংলম্লগ মমা'ই লুকথদুনা থংলেপ লেপথি। করিগী অদুম তৌরিবনো থংদে। মহাকী মতৌ উরগ জয়প্রকাশন থনথি 'করিগুম্ব থর হায়নিংমল্লে হায়ন।' অদুবু মুপীমচা ওইদুনা হায়জব ঙমদ্রবদু মহক্ক নিপানি "করিনো, করি হায়নিংই?" লেপদুনা ঙাইহাক্তসু হংবক্লব তৌদে। হায়গে নিংলবসু জয়প্রকাশকী পুক্লিংদ চিংনব অম লৈ—অমুক্তসু কৌনব্রিব, চুম্নদ মউনব মুপীনি করম্নদি হংসিগে? হংলুরো ইচম চম্ন লেপচব ওইরম্লবদি? মহাকসু তঙক তঙক য়েংলম্লগ তপথরম্ব খোংথাং কনথত্তুনা পনথুং য়ৌন চংথি। মুমিৎ অদো জয়প্রকাশ চৌক্রিদ ফম্নদুনা চা থক্লি, মথংগী চৌক্রিদ ছাত্রী অদু, অমদন মুপী মচা'গী মমান ফম্লদুনা রারি শারি। মমা অদুন হায়রকই "য়েং-ঙই ইবুংঙো নচন'সিন তৌরিব লাইব্রিক পারিবনি হায়দুনা ইমুংগী থবক মচা অমতসু তৌব্রে। মথোয় পরিক্ষাবু থা। অম-মথাইরোমদ ঙাইরে হায় অচুম্ব্রনে?" জয়প্রকাশন থুমই 'উম্ ইন্দোন অদুম্লত মরাংলে।" হংনিংব য়াউন হংলুই "মথা থংবদ লৈরীবা মুপীমচা অসিবু ইন্দোন, মেট্রিক পরিক্ষা য়াউগদৌরিব্রা লাইব্রিক অমগ লোইনদুনত লৈব উই।" মমা "হোয় য়াউগদৌরি হায়রনে ইবুংঙো, নাকোং অনি ঙব য়াব নত্তেকে।" ভুমিম্ন হায়রকই "মৌনে মৌ শক

য়োল্লবী, খংদব মীনবুদি লৈশাবীনি মখয় ... ... ...।" সুপীমচা অতুন শাউরংননা হায়রকই "তুমিন লৈয়ু তানিংদে ইমা ; য়াইরেমউ ওয়াংব, চৎলো লাইব্রিক পাদোরবনি।" মখোয় অহুম্মক পুন্যবতীগী য়ারি শাজে। জয়প্রকাশ মকম খংদনা তু চুংখি, মপুক্কিংদ খুংগাই-তব পোকই। "ইবুংঙো নচনসে পাস ওইহন্দব য়াদেকো" গিলাস ময়াম পুক্কন চংখিরম্মী। মমান চংশ্রবদা মখোয় অনি লাইব্রিক-লোমদ পুক্কিং চংখিবগুম উরে।

চৎলমদাই মতমদ জয়প্রকাশন খংনিংল হংখি "মেমা, মহাকপু চেললুরব্রা?" ছাত্রী—"নত্তে ওঝা, পাউমিনখোয় মাইকৈ শিল্লে। হোয় মীয়োল্লুরে হায়নৈ—ময়ুমদ অসুম...।" জয় প্রকাশ চংখিরম্মী।

উনিংল য়েংলবস্থ সুমিং মতা তরুক্লি পুন্যবতীবু জয় প্রকাশন উব ফংখিরমদে। উদব অতুন খনখি—"অরোম্ব অহুবু খংখ্রে খন্দুন, ইকাইখদগী উংস্রব্রা?" য়াখল অহু অরায়বনি। পুং মতা মথাই-য়োম তাব সন্ধ্যাগী মতমদ জয় প্রকাশ য়ু' হন্নব থোক্লক্লে। থিংলু-ত্রব মিংল মাংগোল মচিদগী হিংগোন থুংল য়েংলুই, উব ফংদন কোম্হোং ময়া য়োরে। থোঞ্জেন অম তাখি, বিনা যন্ত্রগুম মেংই —"ওঝা!" জয় প্রকাশন উরম্মী—পুন্য বতী, মাইখোং ইকাই-রপ তৌই, অহুবু তশারবী চিন্বাঙ্গো মেংমোন মীনোক্লে। জয় প্রকাশ চংসিল্লম্মী, নকুরে, হায়খি "করি হায়নিংবগে ইবেম্মা?" তপ্লপন লুকথরগ হায়রকই—"ওঝা! ঐসু মেট্রিক পরিক্ষা য়াউজ-গদবনি—অদো প্রমার থর হৈনজদে থা অময়োমসিদ থর তাকনি-য়ু—...পৈশা কয়া লৌবিগদগে ?.. য়াবিস্রবদি।" জয় প্রকাশন

রাখল ইখন খল্লন, হায় খল্লবগুম হায়খি "অথংব মখৈদি তাকনি অতুদি নহায় হায়ব য়াত্রাও? পরিক্ষাদি মকশিন্নয়ে।" পুন্য "শাংলবন—হায়গে খল্লগ ওমজদে, য়াবিরবদি হয়েংদগী।" জয় "কৈনে, করম মতমদা?" পুন্য "ওঝান শংব মতমদ।" জয় প্রকাশন ওাইহাক রাখল খল্লগ হায়খি "অয়ুক পুং তরেংতগী নিপান কাউব।"

খল্মোঈ শোক্লব রাহৈ খর তাখি—পুন্যবতীবু জয় প্রকাশন প্রাইভেট তম্বীরব মতুং মুমিং নিনি-হুমনিগী মতুংদনি। তাহম্নিংদন তাখিবনি। মুমিং অদু জয় প্রকাশ মুংথিন খর ওম্র মুপী মচা অদুবু প্রাইভেট তম্বীব চংলম্মী। দারি ক.খংলমদাইদ ঁউতী রুম'দগী তাখি। মমা অদুন মচা মুপীদ হায়খিবনি "মংখোয় ওঝাসে পূন্য বতীবু প্রাইভেট তম্বীর-মাহ্লে, শোইরোইকো—ওক্তবী মহাক্তী লুদ থুরনি।" জয় প্রকাশ মুমাং ময়াইদ হন্দোকই— "মেম্মা! মেম্ম কৈত্রাও?" মমা অদু করি খল্লমগনি? 'মী অচংবগী মরা ওাংনগদু—শান শিবন খোংগুলদা, মীন শিবন চিন্দ" চুমথ্রব পাউরোনি।

জয় প্রকাশন পুন্য বতীগী লমচং প্রাইভেট তম্বী-তম্বীন য়েংলম্মী। মীন হায়নব রা খাজদব পোক্লম্মী। পুন্য বতীগী রাহৈ অন্নমত তাই—"ওঝা অসিমদি থংজত্রে, লেংবিরক্লত্রা ওঝা,— অনি তাকপিয় ওঝা,—ওঝা হয়েং লাকতব তৌবিগদ্রুকো,—হোয়, লেংবিরো ওঝা।" অন্নমত মতুই—"লাইরিক পুক্লিং চংনা পাম, ইংজ তপচবী শাজং, মিংয়োং চুম, থংতে লুকক্লে,—মবুং অমন

লাইব্রিক তন্নীবগুগ নিংই।" মপানগী ওইব রারি শান্দে, লাই-রিক্তগী হংই। জয় প্রকাশনসু অতোপ্পা রা ঙাংদে,—মসিদি মাগী লমচংনি, অহুবু হংনিংব খংনিংব অমদি পোকই—"পুন্য নহাকপু মৌনি হায়নৈ, অচুমত্রা ?" করম্নদি হংগনি ? অরেপ্প রাখলনি।

মেট্রিক্কী ফাইনেল পরিক্ষা ওয়াং লোইখ্রে। জয় প্রকাশন অরেপ্প রাখল অমসুং থৌনা কবগ লোইনন পুন্য বতীদগী তিক্ষা অম নিনব থৌরাং তৌরম্মী। মতুগ লোইনন পুন্য বতী হোয়দ চংল-ম্মী। কোম্মোংদ পুন্যগী মপাবুং লিচৈ অকোম্ব অম পাইরতুন ঈভিং-নিং রাকিং থোক্লকপ থেংনৈ "চংউ চংউ ইবুংঙো নচন লৈহৌখনি। ইবুংঙোগী কুপানা নচনদি পরিক্ষা ওম্মোক্ল দুংঙাইখ্রে, পাস সোইদন ওইগনি হায়।" জয় প্রকাশ চংলে। পুন্য বতীন তরাম তরাম ওক্লম্মী "লেংবিরক্লিত্রা ওঝা ? রিডিং রুমদন হুংঙাইগনি, লেংশি-ন্নীয়ু।" মমানসু হয়াউজৈ "চংউ ইবুংঙো, মপাবুনে হরাউমনখ্রুন চাক কৌগনি হায়জরি, লেংলক্কব রাদেকো।"

চৌক্রি অমমমদ পুন্য জয় ফম্লি। মমান চা লোয়মগা ওমোক হৈরা থর লৈব চংখি। মকম অতুদ মবাম্লিদ চিক্ক কম্নম্মী। পুন্যন হায়—"ওঝা, পরিক্ষা মতুংদ অমুক্ত লাকপিজ্রিব করিগীনো ? পোকমিন্নব ইবুংকা ওইরমবদি ইচনগীনি হায়তুন হোৎনবিবদো মিং পেন্ন উজ্জ্বমগদবনি।" রারি থর শানরবগী মতুংদ, হায়গে নিংন লাক্লিব অদো কোংদোককে থৌরাং তৌরক্লে। পাক হেক কোংদোকপ ওমদব অশোম্ব পুক্লিংবু খুত্নম চল্লগ মতেক মতেক ওইন হায়খি—"পুন্য ......।" পুন্যন খুমই—"করি হায়রগে ওঝা ?" জয়—"রা

অমত্তুং হংগে,…হংব নত্তে, হায়গে।" পুন্য "হায়বিয়ু কৈদৌবগে ওঝা। লাইরবন অতৈমক ওমজত্রবস্তু ওঝান হায়বিব অচুমবুংদি ইজগে।" জয়—"য়েংওই পুন্য, নহাক কনাগ মুংশিনরি ?"

য়াহৈ অসি জয় প্রকাশন হংগে নিংন কোংদোকখিব নত্তে, থাংজৈশেংন লাক্লবনি। মহাক্ত মতোমত নিংজব অচুবু অরেম্বদ কোংদোকলুই। মহাক্ত অঁস্তুম খল্লুই "করিগুম্বা পুন্যন কনাগুম্ব অমগ মুংশিনরম্লবদি অরেম্বনি।"

"ওঝা!"—পুন্য মখা তাদে, লুকথখিরম্মী। "অশেংব হায়য়ু পুন্য, মতম কুইনদগী নংত্তবু নিংলক্লি, নহাকপু মুংশিজে—নংবু লুহোংনিংই, ঐন নি·জব অরেম্বরা, নংন নিংব থুংহল্লোইজ্রা ?" "ওঝা!" মখা তাদে পুন্য। নিংথিবী মিংত্সা অনিদ লেপ্তুন পিগী ঈরা শিন্থ রম্মী। জয় প্রকাশ ওক্লম্মী, হংখি "এঃ করিগী কপলিব পুন্য ?" "ওঝা!"—অমুকস্তু মখা তাদে। মকম অচু ইচিক চিকলে, অঁচিকপ অচুবু থুগাইত্তুন স্তুমাং মচিদগী থোঞ্জেল অম লাকই "ইবেম্ম নং ওঝা চংগ্লব্রা ? কুইথোরক্লে ইমাস্তু… ইবুংঙো ঙাইহাক্ত কমথো, বোয়া নৈবনি চংপদ……………।" মমাগী থোঞ্জেল তাবদ ক্লিজিন পুন্য মপি তৈথোকই। জয় প্রকাশ অমুক মখা তান হংজ্রে, তুমিন ফম্লম্মী। মমান চা বোয়া পুসিল্লকুন হায়রম্মী—"ইবুংঙো অমুক মুংখিন্দি কোলেজ চংপনিন হংচিং, মুংদাংনে সোইবা য়াদে হাউ-হাউতবা চাক চখোম অমতং……লেংলকউকো।"

য়াখলন চানিংত্রবস্তু পুন্যন হায়বদগী চা-বোয়া লোইনন জয়-প্রকাশস্তু চায়ে। চংলমদাইদা পুন্যবত্তীন হায়খি "ওঝা, হংচিং

সোইদনা, ওম লাকপিয়ুকো।" চৎনা চৎনা জয়প্রকাশনা খনখি "পাউখুমনু কংদব! অদুগ করিগী কপ্লিবা? কনাগুম্ব অমগ মুংশি-নহুন—মাম্নি, ঐনা হায়ব ইনগনি হায়থ্রগ ওমলোইদব উরহুন কপ্লি। অদুদি লাপ্লে হায়জরসিরা?"

কুইনা খল্লবগী মতুংদ লেপ্লদুনা জয়প্রকাশ পুন্যবতীহোয়দ চাক চাবা চৎলম্মী। ময়াম পুম্ম হয়াউ হয়াউ চাক চামিম্নরে। চাক চাব তোল্লহনা জয়প্রকাশনা চৎনব মপান থোক্লবদ, রাহৈ অসিগ লোইননা পুন্যবতীন চিঠী অম পিরম্মী "ওঝা! মতাং চাদবনা নহান থুম্ব ওমজখিদে রাবৌবিগনুকো।" জয়প্রকাশনা য়ুম য়োরগ চিঠী অদু পারম্মী—

"ওঝা প্রকাশ!—

মরাইবক থিবদগী হেন্ন খিরবী তোম্বদগী হেন্ন তোম্লবী নিঙোননি কনাগম্ব মুংশিনদে অদুবু মিংকুক অদুদ করম্ন থুমউগে? লৈকাই মীয়াম ঙাংনরবী, অশেব খুদিংনা তুক্কচ্চনরবী মুজ্জা অদো করিগী তান তান খংনা খংনা খংবিদঁবগে? তাঞ্জ খংজ্রবদি তমজগেকো তাবিয়ু। থিন হায়নরে হ'য়দুনা শাউগদব নত্তে,—অশেবেত্তনি হায়নরিব। হায়নবত নত্তে, ঐহাক মোনিনে অশেংব ওক্কবী। মিমকম্ব নেৎপ য়াদনা লৈখা তরবী। ওঝা ইচম চম্ম মৌত্ত ওইব নত্তে, মীয়োলনুরবীনি, পাপ! জীব অদো মাংহনখিরম্মী। অদুগ ঐনা ঙাসি লৈশাবী অমগুম লৈরি। অন্ধকূপ-তুকচ্চনরবী, হিংবগী কাম্নত্রবীনি। ঐহাক লাপ্লে নিজার ঙাকপিয়ু. লৈখা তারবী মুজ্জা অম ওইরগম্ব অরাংব মীবু কল্লকপগুম থোক্লে। অদুম্ম মীহৌ

চাউবীদি নচ্চদে ওঝা। ওঝাবু লাইরিক তমংবগী নক্কুবন নক্কবগী হৌনব স্নুংশিবিরমাল্লে। অসিমগ থায়জগে ওঝা ঐহাকপু লৈথা তাহল্লিব মহাকতে লৈরি শিজ্রি, শিজ্রবস্তু ঐহাক লুপ্রাবীনি। পংলুবন য়ান হিংজরি; মৌ! এচা হাৎলবী! নক্নগে নিংবিগন্নু ওঝা তুক্কচ্চৌ, অমুক হন্ন উন্নগে নিংবিক্নুগন্নু, থংজ্রিবৈদি অমনি, থংলবান নক্নব য়ৌন পাম্নি। থুক্নমজার ওঝা পুন্সি অসিমগী ইমিং .চান কাউবিন্নু।

নহাকী: –

পুন্যবতী"

জয়প্রকাশপু পুন্যবতীগী মন্নন তুমদে, কনাগী থুংশেম পোৎ-শেম চংদে, অহুবু হেন্ন হেন্ন পুন্যবতীবু নকশিন্নিংলে। জয়প্রকাশ অসি কন্নক মীহৌচাউব অয়াম্ব পাংদব নিপা অমরা? নত্তে! লৌশিং শিংলব এম এ পাসনি, থৌনা ফরব পাথংনি, মীচুংশি থংলব, য়াথল লৈবনি। মথংগী "চুমিত্ত পুন্যবতীবু উন্নরম্মী। য়ুম অতুদ লৈয়ম্বস্তু পুন্যবতী মতোমতনি। জয়প্রকাশপু উবদ ইকাইজন লুক-থখি। কা অত্তদ, চৌক্রি অমমমদ, জয়প্রকাশন লুম্ন হায়খি "চিঠি'তু পায়ে পুন্য।" "ওঝা! অশেংব ভাক্তনি, পুন্সিগী মীনম্ব ভাংজত্রি, ওঝাগীদমক্ত মঙ্গল নিজরি লুথাক্লানি তোল্লবী।" "অহুদি পুন্য, নংন হায়ব থাজরগে, ঐন হায়ব য়াকম অমত্ত ইথিন্নুদনা নং।" "ওঝান হায়ব করিগী ইন্দদগে? য়াশকচরি ইগ্গনি।" "য়াউকো অহুদি পুন্য-নহাক ঐগ লুহোংউ, ঐন নংবু তশেংন চুংশি পুন্সিগী থাদোক্লোই চিংনগন্নু।" "ওঝা!" মথা তাদে, লুকথখিরম্মী।"

অহল লমন লাক্তুনা পুন্যবতীবু জয়প্রকাশকী লুহোংনব য়াথোকনরে। চাউনা লুহোংলম্মী। পুন্যবতীবু মৌনি খংব মীশিংনা শোয়রিখি—"শক ফজবীগী কয়া কায়রব; হু এম, এ, পাসনি হায়নে অসে, মুপী লৈত্রবগুম লুথাক্লা,—মমা মপাদি কায়রেনে মাবু এম, এ, য়ৌন তমহল্লবগী,—আসানদনা এম, এ, তম্লবদি শিংলবনি, শিংলবা।" মখল কয়াদ ঙাংনাখ। জয়প্রকাশতি? তাদব নত্তে, নোকখি পেন্না।

মহাক মহাকপু মশাগী রাখলদ য়ৈখাইব পিদল মতোমতন হুংঙাইজে। অচুম চুমদদি ইতোপ তোপপ রাফম্মি। অচাব মহাক্না মখ্রাই পাম্বজীব অমবু ইনসাং ওকনবনি খন্দুনা হয়াউনা হাংলগ শেমই, হিংসা পামদবা অমনদি উয়গ "হাই হাই হুংশি হৈত্তেদ নংসে।" পুক্লিংগী মথা পোম্বনি। জয়প্রকাশ মী মখল অমনি। মহাক্না খল্লি "পুন্যবতী মরাল লেতে, ঙসিগী তাইবং অসিদদি অথোইবী মুপীনি।" মহাক্না নৈনরম্মী "শেংলব মহাকী পুকচেল্লি, থোইদিং মক্না অমত্তংসু চাংদয়না অমোংপ পক্তে। খম্মোহ শেংনা হুংশিজরুই, হুংশিবন কখোক্কলুই, মৌ ওইরুই। নিপা অহুন কংলমদবন পাউথোক্লি, মহাক্নসু পুন্যবতীবু তশেংনা হুংশিরম্ববাদ খংলবসু কনান নোক্নরোই, মমা ওইনা লেমজরমগানি। মহাকী হকচাং মোংলে, অাত্মাগী ভুংনক্নম পুক্লিং খমোঙ্গদি শেংই। হকচাং অমসুং পুক্লিং অপাম্ব অমসুং মুংশিবগী শাইওম্মি। পুকচেল শেংব যুগ অসিদ অতাংবনি। অপাম্ব অমসুং হুংশিব—অপাম্ব কংনব মীগী মাংনব তৌই। হুংশিব মীগী, থরাইসু খাদোকই চিংনদে।

পুন্যবতীগী যোংলব হুকচাংবু শেংলব খম্মোঙ্গী মগুনন শেংদোক্লম্মী। পুন্যবতী অশেংব মুপানি, মুপীগী গুন চেল্লব।" জয়প্রকাশকী পুক্নিংগী পাউজেন য়ানিংনে তারব মীশিংনে মহাকপু নিপা খোকপ পুকচেননি থাগৎনৈ। * * *

"অদুদি তাবিয়ে', ঐহাক রারিছু তমজরগে, যৌবনগী রাখোক" —পুন্য বতীন হায়রম্মী—"দিপক কৌব পাখং অমন, পুন্য বতী কৌবী অপংবী মুজা অমবু মুংশি কাইহৌরম্মী। খম্মোঙ্গী খম্মোঙ্গী কংনখ্রে, পুকচেন খোয়জেন তিম্নরবগুমই। অপংবী মুজা'দো পাংমু পাংলমদে, পাখং অদুন খেম্ব য়ারম্মী। চানব হৈনী,—অদুবু মতম নাইরব,—খাংব ভমদবন মতমগী রাখল কাউখোকপগুম্মী। তাম্রবদ খোইদিং মক, নৈকুপ তারব মালেমদ, করম্ম পান্বী ওই-দনি? কর্মগী মহৈ পিরক্লে, লোয়োই য়াদে, করি উপাই লৈ? পামজ্রব পোৎশকতে।. কংনিংব লৈরবসু মতম্ম য়াত্রব—মাংহব তারম্মী। মীমুংশি খংত্রব মহাক্কী খুৎশিন—উম—হুন্দোকখিরম্মী উত্রব নারক,—মরাইবক থিরবী মুজাদো কপলুই,—কপ্ন তোক্তুন কৈশাবী শাখি...।" লোইয়ে রারি—খাদোকপিগন্নুকো খরাইগী মবুংতো, তোল্লবী ননাইনি,—খোংয়াগী উফুলগুম।" হোৌগৎতুন জয় প্রকাশকী খবাক্ত মমাই লোৎচরম্মী। হেন্ন মুশিব পোক্লব জয় প্রকাশন পুন্য বতীবু চেৎন কোল্লিম্বীরম্মী। জয় প্রকাশন হায়গে নিংলুই "পুকচেন শেংবী মহাকপু কংবদি ঐগী লাইবক ফবান।" অদুবু মুপী ওইবীনি নাপন চাউখিনি খন্দুন খম্মোঙ্গী মুংদ লোত্তুন খমাখ। খোঞ্জেন খোক্ন হায়খি—"পুকচেন শেংউকো পুন্য।" পুন্যন খুমখি "ইকোক নোঞ্জরি পুক্তিগী মম্ভ্রনি।"

অয়োম রাহে কয়াদি কনাবুসু থংহন্নিংদবগুম চিঙান চিঙান শোক্লন-মশাগী নাকোংবুসু তাহন্নিংদবগুম ঙাংনখি। মতৌ অদু উবদ ইকাইজবগুম থাও য়াওত্রব থাওমৈন মৈরি হাইরম্লগ মুং-খিরম্মী।

# "পরদেশী"

"বহুত দিনোংকে বাদ আজ ফির য়াদ আয়া—ওহ, সুন্দরী।"

তারো মরূপ মা'রি ওইন লিগে। থংলেদনা ঐগী ইমিং—রতন কুমার। মহাক হায়খিব রাহেশিং ওংহুন লৈরি নাকোংদ। মেংলব খোঞ্জেল—"রতন ঐদি লম্লানবীনি…সমাজগী চৎনবী অসে…নত্তে, ঐখোয় অনিগী মুংশিনব অশেংব ওইরোই। উম—ওইব য়াইকো 'মৈরি ১মুং-লৈরাগী!" 'অচুপ মতম কুইনগী মতুংদ মহাকী মেংঘোন মীনোক লোইনরব রাহে, তাখি—"সম্ব-রাল!" মহাকী মমিংন—মংগল।"

*　　*　　*

সুপিজা ওইবীগী কজবী শকুন—ফজব? কনাইনো ফজবা? —ঐহাক পুক্নিংদ ফজরে নিংজব ফোংদোক' ঙম্মোই চিঙাম্লোংগী রাইহেন। য়েকচবসু ঙমজরোই কলমগী মতেংন। অদুবু ফজব হায়বদো অত্ময় খঙরুই—উরুবদ পুক্নিং ঙুমহংগী য়েংলুবদ মিংকম হোংন্নিংদবী থমোইগী পামজবী, থরাই তাজবী—মহাক্কি সুপীজা ওইবীগী কজবী।

মধ্য প্রদেশকী মন্নুংদ, নিম্নচ শ্কোব লমদমদনি ; সি, আর, পি, গী ইচম-চম্ব কন্সটেবল অম ওইনা রতনকুমার মতম থর লৈ-রম্মী। নোংমদি 'আউট পাস' কংদুনা—উত্তমদম উরব লমদমগী ফজব দৃশ্য য়েংবা মরুপ থরগা চংখোক্লম্মী। লেপ্তব খোংনা পুদুনা 'খৃষ্টান চর্স' অমগী মমাং য়ৌরে। ঙাইহাক্তং লেপ্লিঙ্গেদ—চর্সতগী খোক্লকপী সুপী'জা অমগা মিংচানরম্মী। মিংয়েং অনি অদো পু লা-ই অমুক্ত উনশ্রিব অঙকপ অমবু উবগুম হন্ন হন্ন য়েংনিংবা পোকপা মত্তৌনি। সুপীজা অদুম্ন রতনন লেপ্লিব মকম অদুরাঙদ লেপ্লম্মী ; মমাম্নবী অমবু ঙাইরিবনি। মাইকৈ নাক য়েং অমদি লৈমাইথক্ত য়েংনরুব মখোয় অনিগী মিংয়েং খংহৌদনা পুনখিরম্মী, অমুক্তা তথক-তথকনা লৈখোক্লখি। সুপী'জা অসি ফজবীগী মুর্ত্তিনি মশা পারব্ তৌই,—পারবী অমদি নত্তে। কুচুন স্না অহিংবগী, অমুকম্ন লংখংহল্লহুন অঙাংব সি ল্কী ফুরিং খুনিং থর হেম্ন্নুন লিংলি। অসংবদ ম্নাগী থবাম্নিচাক হৎপ সারিন চোম শেংলি। মরেপ রাংলবস্থ মঙাম হেল্লি। তুমত্তক তৌরব নাতোন, ঙৌয়োক ঙৌরব য়াতোন উৎন খজিক্তং মোমোন নোক্লকপ অদুন অমুক হেম্ন য়েংনিংব পোকহল্লি।

পাঠক :— সুংশিববু কনান থুদুম চল্লি ? মনিং মথা তমজরব সুংশিবনি, মখোং কাব পুজিগী তুং ইজরব যৌবনগী মরুপ্নি।

হায়,—মতম কুইনদগী শক খংনরক্লবত্তুম রতন কুমারন সুপীজা অদুন য়েংলগ হায়খি "কদাই' চংলুরিবনো ?" সুপীজা অদুনস্থ নোকমী নোকমী তৌন থুম্নকখি "ঐবো ! চর্সত, নহাক্তি কৈদোরম্মী ?"

অশুকপ অমনি। মরুপশিংনা তুমিন্ন ঙাংনখি "অয়ে রত্তনকুমার, কবকা মুলাকাত?" রত্তনন হায়খি "নবু ঙাইরম্লিবনি।" মুপীজা অদো নোক্লিংলব খম্মোঙ্গীবু খুত্তম চল্লম্মী. তবারবা য়েংখংব চিরানবু ভৌরব য়াথরু চিক্কুন নোক্লিংব খাংলুরগ হায়রকখি "তং!" মুপীজা খরন চর্কী গেত্ত থে ক্লকপ উরগ হায়রকখি "ঙমাম্নবীশিং লাক্লে চংলগ'ন" রত্তন "চংলগদবা? অমুক কদাইদ উরগনি?" "লেকয় মিলু'গী" মিংম্ন থম্বাল অনিংদা উইসিন্নগুম তৌরম্মী, চিরাম মোমোন নোকখি রত্তন "অমুক উন্নসিকো, ঐগী মিং রত্তনকুমার কোই, মনিপুরী জাতিনি. নংগী মিংদ [illegible]?" "রত্তনকুমার হায়বা? মনিপুরী? ঐগী মিংদ মুপী।" [illegible] মমাম্নবীশিংগ চংগ্রে। চংন চংন য়েংলকই, উরিবমথৈ [illegible]-মাইয়োক্লিনা উত্রবদ কাইনরে।

মথংগী নোংমাইজিং লাক্লে। হায়গী মতম অদু চান, অহাম উন্নখিবগী মকম অদুদ রত্তন কুমার উখিবা অদুবু উখিজ্রা খল্ল ঙাইরম্মী। মুপী'জা অদুবু ল[illegible] তৌদে —মত্তোবতানা। নক্লরবদ রত্তনন হায়খি "মুপী।" মুপী'জা অদুর মোমোন নোক্লম্মী "কাউজিন-বোইরে? ঐনা কাউদে 'রত্তন কুমার, মনিপুরী'" রত্তনশু নোক্লম্মী "করম্ন কাউগদগে? ঐদি নংবু মুংশি।" মুপী "মুংশিবা—তং!" রত্তন "লেপত্তুন অসিদ নমাম্নবীশিংবু ঙাইররোইজ্রা?" মুপী "ঙাইর-রোই নহাক লেরবনিন. চংলগনি য়ুমদ।" রত্তন "ঐন নংবু রান ঙাইরম্লি, করিগীনো খংনিজ্রা মুপী?" মুপী "ঐবু রান ঙাইরম্লিবা? ইসঃ করিগীনো অদুদি? করে ঐবু মুপী কৌরগম্ব অশেংব ঈমিং তাকথোক্লগে, কাউগম্লকো—মংগলা!" রত্তন "মংগলা? য়েংঙই

মংগলা নহাক্তী মিংতম্ব কাউরোইদব নত্তে, নংগী শুমহৎনবৰ মুত্তিবুস্থ পুন্সি অসিগী নিংশিংছুনত লৈরগদবনি।" মংগলা "ঐবু কবিগী অহুক ইগুন চেনহল্লিবা? ঐখোয়' জাতিদক্ত খ্বাইদগী শক থিরবী ঐনি।" রতন "কজবী ময়ামদো ঐহাক্তি য়েংনিংলুদে--চৎলো মংগলা —নহাক্তী লৈকম খংজগে, অত্তুবু নতুং ইঙ্গবদ কনাগুম্বগী মকমদ নিঙোনগী নিংব কাইকম লৈগন্ত্রা? অত্থ ওইরবদি—।" মংগলান হায়রক্লেং মুম্ব রতনবু য়েংলগ হায়রকখি "রতন, নিং—খা তমলিবী নিঙোননি, রাথল অত্থগীদি চিংনগমু।"

মখোয় অনি লোইনন নাক য়েং চৎমিম্বরম্মী। অমুক মিংকুপ অমত্তং পম্বৰ প্যামন্ত্রব রতনন, মপুক্সিংন কোংদোকপ পাম্লিবত্থু অরৈব খোঁনা প্লম্বমক খোমজিন্দুন কোংদোকপ হৌরক্লে "মংগলা ঐহাক মনিপুরীনি—।" মংগলান হায়রকই "নহান হায়খিব অত্থদগী থাজবগ লোইনন খ জরে। অত্থগ ঐন—বেঙ্গলী নিঙোননি, খৃষ্টিয়ান ধর্ম চৎলবী।" রতন 'সে—ঐন পাইরিবসে —।"

মংগলা—"উরে, থুপচিন্নব চেক্তেংনি।"

রতন—"চেক্তেং অসিগী মহুংদ—।"

মংগলা—"থমে ঊগী পাউজেল—ছু'শি রাহৈ!"

রতন—"অচুম্বনি মংগলা, নহাক্ল লৌশিল্লোইদ্রা?"

মংগলা—"পাংগল শোম্বীনি, রা:রাগমুকো রতন!"

রতন—"মংগলা...।"

মংগলা—"কব্বিগী কাইহৌবিরি? তু হৈ পরদেশী, ঔর ভী হম হৈঁ পরজাতে'—খংলিব নত্রা রতন?"

রতন—"অদুনু মংগলা—হম হঁ স্নান তো হৈ… ।"

মংগলা—"চুম্মী রতন ঐখোয় মীওইব জাতি অমনি, ঈশ্বরন শকওং মায়ন শেম্বী, অদুবু সমাজগী চৎনবী পন মমথাইব ওমলোইনে ।

রতন—"মীওইবন শেম্ব চৎনবীনি, ঐখোয়মু মীনি, অনৌবদু নত্তে—মংগলা—মীন মীবু হুংশিগদবনি ।

মংগলা—"ঐ থংত্রে রতন…অদো নত্তে ! ঐখোয় অনিগী হুংশিনব অশেংব ওইব য়ারোই । উম—ওইব য়াইকো হুংশিনকরগ মৈরি অমস্তুং মৈয়াম্বী !"

রতব—"য়াত্রবা !—পরদেশী ! নিংব কাইন হন্নগদবা ? মংগলা —বাশক্তুন হায়রি, হুংশিকো নংবু ঐন ।"

মংগলা—"রতম—হুংশিবদি, ঐনসু নংবু হুংশি !

* * *

তোইন উন্নরগ শক থংনব, নক্লরগ হুংশিনব তাইবং পান'গী হৌনশানি । ডাক্টর ঘোষকী অমত্ত তাংন পোকচবী মংগলা শক-হেম্বী, রতন কুমারগ হুংশিনরে । সি, আর, পি, কন্সটেবন রেঙ্ক অমদি রতন কুমারগ থংনব অফিসারশিং তিন্নব জাতি অমত্ত নত্তে । লৈবাক্কী সেবা তোবদ জাতি বিজাতি থাইব অয়েম্ব পুকচেম্ন । পঞ্জাবী, বেঙ্গলী, আসামী, মনিপুরী, নেপালী জাতি কয়া মরুমগী অপুন্ব সংঘনি । রতন অমস্তুং মংগলাগী হুংশিনব উরগ জাতি মখামগী মরুপশিংন পাউতাক অম ফংলে—"হুংশিনবদ জাতি বিজাতি থাইদে ।"

মংগলান চিঠি হল্লক্লম্মী। পন্নিংব অতুতগী মরোম্নি—"কুমার রতন!...কংথোক্লব মংগলাগী থল্লাই হকচাং—মতাং চান শিজিন্নবিব রাগনি...নপোংদ্নি—খাঞ্জনব চেকশিনলু...।"

নিমুচ বাজারগী অরাং খংবদ পরেং শান লৈরিব যুম্লক্ত ডাক্টর ঘে.ষকী দলালস্থ লেপত্তুন মগুন লৈব তাম্নরি। দলাল অদুগী অকোইবদ চেক্কী পল থারি, অপিকপ ইংখোম্নি। গেট অমত্তুং মমাং ওন্ন ফাংলিবতু নত্তুন, মী চৎথোক চৎসিন তৌকম অতৈ লৈত্রে। মরক্কী অহাংব তিংথো হোৌব মকম অদুদ মংগলা ১সুং রতন কমত্তুন অহিংদ মুংশি রারি শাব। কংদে মরমদি ইলেকত্রিক বলব্‌ন অকোইবদ ওান্ন থান্দুন লৈ। কনাগুম্বন উথ্রবদি ঘোষকী নিংথ ফাইনন্নিংঙাইনি। সিনেমা হোলদ, লম্বী লমশাং চৎপদ অমদি মুংখিনগী উপাল মথাদ মথোয় অনিম মুংশি রারি শাই।

নিমুচত্ত লৈব অঙ্গু রতনগীদমক্ত থা তরুক্তনি। অনৌব মফমদ অমুক হোংগদবনি। মহাক্ন মকম অদুদ থা অম মথাই (১১/২) লৈরব মতুংদ মংগলাগ মুংশি শকথংনখিরম্মী। থা মরি মথাইত্তদ মথোয় অনিগী মুংশিনব ময়া চেৎহুম্ন তাখি। মরাইবক থিরব রতননি, মমুমদ লৈবগুম মনিং তমত্তুন উনিংব মতমদ মংগলাবু উম্নব কংদে। অদুবু রতনন মনিং তমবগুম মংগলা উম্নব চংখি। চৎতবস্থ য়াদে—মুংশিবগী লিচিং অকম্বনি, কনান থিংব ওমগনি? মরোন থোক্ত্রব লৈচিম অমদি মুংশিত্তদস্থ মুংশি পাউজেম্ন ওম্নিবদ অদুগী মহৈন—রতনসজা কয়ামুক ফংখি, অহিং কয়ান মতম চাদনা হল্লক-পগী চরাম্ন হেনখি। অদুক য়ামন অরাব থাংলবদস্থ রতননা

মংগলাবু পুক্লগ খিজিল্লবদ থা অমি য়োৌর ওমদন উন্নখি ! মহাকপু উত্তাংশিংদ লম হেয় অম ওইন মশক থংখি ; মখোয় অদো ন্নতনবু য়েংশিন্নদ ন্নাজরব উত্তাংশিংনি। মতম অসিদ ন্নতনন পাউত্তাক অম পিখি "প্রেমিক অম ওইগে হায়ন্নবদি ঐগুম্ব লৈবাক্তী লেবা তৌব পাথং ওইয়োইদবনি, মনিং মথা ত্তম্নবতদ মত্তিক চাব প্রেমিক ওইগনি।"

মতম অল্লুক কুইবগী মল্লুংদ অনিন্নকথক্তং মুমিদাং উন্নখি। মল্লম্ব "..মদ কনাশু লৈত্রে" হায়ন মংগলান কোল তৌন্নকপদগীনি। অত্তুগ অমত্তুংন অহল-লমন সমাজবু কিদন পিয়োইনন উন্নখি।

অহাম্ব মুমিদাং উন্নব অদো মংগলাগী কাদনি। ন্নতনগ চৌক্রি অমমমৃদ কপ্পিন্নন্সী। ন্নাব্রি শানন্সী—"নোংমদি অশিগুম্ব কা মমদ ঐখোয় অনি, মুমিৎ থন্নদি নোক্ত-নোক্ত দি... ...ন্নগনি...। মিৎ অদো ওইহন্নিংলেদা......।" ন্ন... উন্সী—মংগলাগী লু ন্নব কিদক্ত কুপ্ল মোনপাক্তী কমুং ; লৈমাই'থক্ত নাল্লব, মশংব চা থান্নি।" মীতোপশিংবু তাহন্নিংত্রব ন্নাহৈ থন্ন মংগলাদ ..শন্' হায়খি। মংগলান নোকমী—লোকমী তৌন পাউথুমখি "তং!" ন্নতন "য়ানিংদবনিনে, ঐবু থাজদবন ?" মংগলা—"ইসঃ শাউরমালে—কত্তে হায়বনি...য়ারেনে ঐ !"

মিৎকুপ থন্নগী মতুংদনি, হুমাং অনপ্ল কান্নবী মংগলান চেকশিন্ন কন্নগ হায়ন্নকই "কংখিত্রে নংসে।"

ন্নতন—"শাউন্নিত্রনে লুংশিবী ?"

মংগলা—"শাউব নত্তে—য়েংউনে ঐগী লুন্নব কি অদে

